# ব্রহ্মচর্য্য

লেংজবা
শ্রীযোগেন্দ্রজিৎ সিংহ

মক পুম্নমক অকোওবগীনি।

Publish by :—

*T. Chittaranjan Singh*

শোক ১৯৯৪

কোপী— ১২০০

মমল লুপা ২৫

নম্কম — মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

কত্থবা—

মীচং মীথায় নাইদনা
তাইবংপান্ পুম্নমকপু নুংশিবা
অশেংবা জ্ঞান শন্দোক্‌না
জগৎ পুম্নমকপু শান্তি পীবিবা
সদগুরুশিংগী চরন্দা
"ব্রহ্মচর্য্য" কচ্ছরি।

৺যোগেন্দ্রজিৎ সিংহ।

# ৱাহৌদোক

সমাজগী মুখ্য ওইরগদবা মহাৱোলশিংবু মরম ওকহনজনীংবদগী অমসুং পুক্নীং, হকচাং- রাখল অহুম্বক চাওখৎহন্নীংজবদগী লাইরিক মচা অসি লেংজবনি। ইনখৎলকপা অমসুং ঈ খেগৎলকপ নহারোলশিংগী পুক্নীং, হকচাং অনিমক মতৌশাম্না ঈরাং পাহনকই। মতাং অসিদা ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপগী কান্নবা অমসুং লমহেৎনবগী তুংদা খুদোং থীগদবা হীরম কয়ামুক নৈনহৌহনা মীংথিজনা পুবমেন পাউমেমবা ঙমহৌরবদি মবুকচেল কাবদা মহেৎ খরদি ওইবা য়াই হায়না খল্লে। লাইরিক মচা অসি লেংজবদা মখাংহৈগী অমসুং ভুজিকী মহাপুরুষশিংগী পাউতাক মথৈদগী লেখক্না লৌশিনজবা ভস্বা শরুক খরদং পুথোকচবকনি। হেক্তিনবা অমসুং অৱাংপা মরম কয়া য়াওরম্লু য়াই। মরম অসিনা জ্ঞান তারবা অহল লমন অমসুং হৈ-শিংলবা ওবাশিংনা ইজরিবা অসিগী মথক্তা মপুং ফাহনবিহ্না নহারোলশিংদা তাকপি ত্তম্বিগ্রদি ইজহন্নবী কান্নজবে হায়না লৌজগনি। ইতি -

ইম্ফাল — লাইরিক লেংবা —

# প্রসংশা পত্র

শ্রীযুক্ত তেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহনা "ব্রহ্মচর্য্য" কৌবা লাইরিক অসি পাবদা য়াম্না নুংঙাইরে। মহাক ওইবা মীপুম খুদিংমক্কা মাগী পাউতাক অসি ইন্দুনা চৎলবদি জাতিগীদা নত্তনা অগৎকী ডাএবা থবক তৌবা ঙমগনি অমসুং মথোয় মশা মশাগী নুংঙাইবা মপুং ফাবা ফংহনবা পুক্নি মহৈ য়ালহনবা ঙমগনি হায়না নীংই।

লাইরিক অসিদা ব্রহ্মচর্য্য করিনো, মহু চৎপা তারবদি মনুং-মপান্নগী অনিমকী চৎকদবা নিয়ম করি করিনো অহুগা অকায়বা থবক্কা করিনো অমসুং করম্না নাম্বোকদগে হায়বা মরম পুম্নমক শন্দোক্লা, লায়না লুবা লোন্দাদা কোংদোক্লি। লাইরিকসি য়ুম-থোং খুদিংগী অমমম থক্ষম থোকপা লাইরিক্নি হায়নীংই, মরমদি মসিদা হায়রিবা পাউতাক পাওমেল পুম্বা বহা-অহল, নুপী-নুপা লোইনমকী কান্ননীংগাই চাক্কনি।

লাইরিক অসিগুম্বা অমা পুথোক্লকপগী দমক মৈতৈ লৈবনা মচা ওইরিবা লেখক অসিবু পুক্নীং-তুজুং হন্নাওনা আশীর্ব্বাদ তৌবিগনি হায়না নীংই।

আর, কে, শীতলজিৎ সিংহ।

# হিরম লমাই

# ব্রহ্মচর্য্য

## মথোং কারকপা

### শারিবৈন্দা থৈহৌশি
### পেৎলিবৈন্দা শাহৌশি

মীওইব। পুন্সিগী মমুংদা থাইদগী হেন্না লুবা তাঞ্জাদি মথোং কাখৎলকপা পাখংগী মতম অসিনি। ককচাংগী পাঙ্গল, পূক্নিংগী থোন্না অমস্তুং য়াথল লৌশিং পুম্নমক মপাঙ্গল হেনগৎলকপা মতমনি। তাঞ্জা অসিদা শেমগৎ শাগৎথিবা শাক্তং লমচৎ পুম্নমক য়োংনা থৈদা ইক্কুনা শাথিবৈন্দা থাংজনা নূংঙংনা থৈদুনা ওইহন্নীংবা মওং শেম্নতম অমদি চকু শাথনা অপেৎপা লৈখোমনা শাথীংবা মওং শাথতম, পাখং ওইথিবৈদা ভুংগী ওইনীংবা ক্রিয়ম পুম্নমক শেমগদৌন্নিবনি। মরম অসিনা মথোং কাখৎলকপা মতম অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা থাইদগী হেন্না লুব্না মতাংনি। মতাং অসিদা য়াম্না থৈশিংবা, চোকশিন্না হোৎন-হোৎনগা মীওইনা পোকপগী মহৈ য়াথগদৌন্নিবনি। হৈকৌস্রগা মথোঙ মখি পামবা শাদগীন্দু হেন্না তোনগদৌন্নিবনি। মরমদি

মীওইবগী মপোক, পুন্সিগী মকোক, পাখংগী মতম হায়বসি পুন্সি অসিদা চন্দক লাক্লিবা অসিনা লোইরে। মথোং কারকপা মতম অসি য়োকপা হৈহৌদত্রুনা কল্লবা মতমগী ঈচেল্লা তাউ-প্রবদি অমুক হল্লকউ য়াররোইদবনি। মতাং অসি পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্না লুববা তাংকম অমম্লুং লাংকম অমনি। অপাম-মুংশি রাখল হিংচাবীনা পুক্লীং ঈরাং কল্লকহন্‌বা অমম্লুং মপান তাইবংগী মায়ানা কাখিদোরে মতাগুম মাঙকনগে লাক্লবা মতমনি। ইন্দ্রিয় খুদিংমক ময়াই কল্লা কারকপা মরম্না পুক্লীং পোথাকম খঙদবা মতাংনি। অহাউবতা চানীংবা, মুংঙাইবতা তানীংবা, ফজবতা য়েংনীংবা, অফবতা শেংনীংবা অমম্লুং মরম খুদী, মক্তা মীথোই মীরেল্লীংবা অঙকপা মতমগী ঈ খেগৎলকপা পুন্সিগী শক্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদি মোং-মুংশিং মরক্তা হোনবা হীগুম্বনি। মায়া তাইবং ঈপাক্তা পুন্সিগী ঈচেল্লা হকচাংনা হি ওইরগা পুক্লীংনা নৌ ওইহনা থরাররা হিমায় চুমহনা খুদোং খীরবা হিদেন কয়া লাম্লোক-কদৌরিবনি। ইংরেজী কবি লোংফেলোনা পাখংগী মতম পান্মুবরবদগী অন্নয়া হায়রম্মী—"Youth comes once in a life time. So let us enjoy for ever." মথোং কারকপা মতম অসিদি পুন্সিগী মনুংদা অমুক্তংদা লাকপনি। মরম অহনা পুন্সিচুপ্পা পাখং ওইহনা মুংঙাইসি।" ইশাদা কাওরক্লিবা তাঙলবা শক্তি অসিবু অরেম্বদা মকথ মরাং খঙদনা শীজিন্নথোকপ্রবদি চুংদা অমুক শিঙ্গংনবা অতৈ পাবৈ অথতা

লৈতে। তাইবংপান অসিগী মপুংদা মহৈ মশিং হৈহনা অমম্ংং মঙাল মশা চাউনা ফাওখ্রিবা মী পূম্নমক্কী পুন্সিদা য়াম্না হৈশিংনা চোকশিনহৌবা ঙাক্তবি। ইশানা ইশাগী কিভম শেমজগদবা মতমনি। অঙাং ওইরিবৈঙদা শাম্রহৃমা লেনখিবা খোইনা অমাঙ অতা লৈতে। অহৃগা মতাং অসিদদি তুংগী চহি অমগা মীংকুপ অমগা চাংদম্নবা য়াবা মতমনি। পুন্সিগী মরু ওইবা ককী (বীর্য্য) গী মপুং ফায়কপা মতম ওইবনা হকচাংগী লৈজবমথৈ নীংথিজবা শকওং উংলকপা মতমনি। বাথল লৌশিংসু য়াম্না মচীম থৌরকই। খঙমীংবা, উনীংবা, ফংনীংবনচিংবা পূক্নীংগী ঈথক ঈহূল কল্লিবৈ মতাং অসিদা বীর্য্যগী মতৌক ময়াই মশক খঙনা চোকশম্না লৈহৌরবদি অয়ুক্তা হুমিং, অহিংদা থা খোক্তুনা মরাইবক্তা পুন্সি থাউমৈবু ঙালহন্নবা ঙমগদৌরিবনি। চোকশিল্ল।

ঐথোয় অসি অহানবদা ইপাগী মশাদা, বীর্য্যগী সমুদ্রদা তাউহৃমা লৈরম্লিবনি। মতমগী মতুংইন্না ইমাগী গর্ভদা চঙলকপা মতমদা ইমাগী ঈগী মচি ওইবা শরুক রঙগা মশা অমত্তা ওইখিবা হুমিং অহ পুন্সিগী মরূ হনবা হুমিংনি। অসিদগী হৌন থা তরা চুপ্পা ইমাগী গর্ভদা লৈহনা হকচাং কায়াং পুম্নমক থরায়না ইঞ্জিনিয়ার ওইত্তনা মীংকুপ অমত্তা পোথাদনা মপুং ফাবা শাবা লোইরগা মপান তাইবং অসিদা থোরক্লিবনি। পোক্লগা লোইবা নত্তে, ইমাগী হকচাংদগী লৌশিনবা থোমলাং অমৃত ইমাগী ঈদগী ওংহনা ওলক্লিবনি। মহ চুপ্তুনা চহি

কুমজা কয়া অমুক হিংলক্লিবনি। মীতৈলোন্দা মচা হায়বা বাহৈ অমা শীজিন্নরিবসি, ম=ময়া, চা=চারকপা হায়বা অসিদনি ওল্লকপনি। হকচাংগী ফিভম, শকওংদা নত্তে, পাম্বৌ মাবৌ হায়হুনা ইমা-ইপাগী পুকচেল খোইজেল অমম্ব শাজং-লমচং পুম্নমক লোয়ন্থুনা পুন্সি পাঙেল হৌরক্লিবনি।

মরম অসিনা পুন্সিগী মরূগী মশক ওইরিবা কন্নী হায়বসি ইরাই লায়বা পোক্তি নত্তে। ঙ পুম্নমক্কগী চাউবদা শীংথানরিবা খোংথাং পান্সীনা মতম অমদা খোইদিং মরুদগী হেম্না পীকহনবা খোংনাং মরুদা শক্তি পুম্নমক তাশিন্দুনা লৈরবগুম ঐখোয়গী পুন্সিগী শক্তি পুম্নমক বীর্য্যদা থুপচন্দুনা লৈরিবনি। অঙকপা তাইবং মায়াগী থূজাগ্নি। থাইদগী তাঙপ্রবা লুপ্রবা পোংশক শীজিন্নবা য়ায়রা লুই। বীর্য্য অসি করিনো অমম্বং বমদোনা হকচাংদা লৈরিবনো? মহাক লৈবনা ঐখোয়গী কদ্রি কারন্রি? মহাকপু মাঙহল্লগা ঐখোয়গী ক,র মাঙই? হায়বসি পাথং খুদিংমক্তা য়ায়রা মুত্রা নৈনফম খোকই। অহানবদা বীর্য্য অসি করিনো হায়বগী মরমদা থায়না মমাঙৈগী মুনি-ঋষিশিং অমম্বং হৌজিকী বৈজ্ঞানিকশিংগী মত থিজিনসি।

# বীর্য্য করিনো ?

আয়ুর্ব্বেদ কৌবা শাস্ত্রদা য়াওরি—চাথিবা পোৎ খুদীংমক পুক্তা; ভুমথগী ভুংদা কণ্ডবা মচাক মথেনা থী, য়ুং ওইনা মপান্দা পুথোক্তুনা থাইদোকপ্রগা লেমহৌবা মক ওইবা শক্কক অহুবু রস কৌই। অহুগুম্বা রস অহুদগী মচি ওইবা মথে খনগৎলগা ঈ শেমই। ঈদগী অমুক মচি ওইবা শক্কক শেম; গৎলক্লগা শাদোং শেমই। শাদোংদগী মচি ওইবা মচাক মথে চুপশল্লগা মহাও শেমই। মহাও অহুগী মক ওইবা মচাক মথে অমুক খনগৎলগা শক্ক শেমই। শক্কদগী অমুক মচী ওইবা শক্ককনা তোং শেম্মী। তোংদগী মচি ওইবা শক্ককনা অমুক বীর্য্যগী শক্কক শেমগৎলি। লিশিংলক ফুদোক্লবা সনাশা কোহিলং, কাদথগুম পুক্তা লৈরিবা চাবা ভুমথা মৈ অসিনা রুসবু কম্না হম্না চাকথোক্তুনা বীর্য্য ওল্লকপা মতম অসিদা অমোংপা অমত্তা য়াওরে। ভারতকী মুণি-ঋষিশিংনা মতৌ অম্মুম্না ইরম্মী। অহুগা ইউরোপ, অমেরিকাগী পণ্ডিতশিংগম্মু চিমখুম য়ায়া মামরি। ইংরেজী ডাক্তর লুইসনা মতৌ অম্মুম্না অমুক ইরম্মী—"হকচাংগী মরম মুম্না খঙলবা পণ্ডিতশিংনা ঈগী থাইদগী হেম্না মচি ওইরবা শক্ককনা কম্মী শেম্নকই হায়রবসি চপ মান্নবা য়াই।" ডাক্তর নিকলস কৌবা অমনা অমুকম্মু হায়রম্মী "লায়রেংবগী শাস্ত্র অমম্মুং হকচাং-কাঙলোন (ফিজিওলোজী) না মতৌ অম্মুম্না লেপ্পী, মহুদি— হকচাংদা লৈরিবা ঈগী মক

ওইবা শক্তক্তা ঙুপী ঙুপাগী কপ্নোগী শক্তি হৌরককমদি। মশা মথুং শেংলবা অমসুং চাং নাইরবা মী অহুগী মশাদা কপ্নী অসিনা থোপ্‌ শিংলি অমসুং তোংবচিংবনু মপাঙ্গল হাপ্পী। পূম্সিগী হিংবনা পাঙ্গলগী মশক ওইরবা তৌং অসিনা ঙৈগী ঙৈচেলদা য়াওহনা হকচাং পূম্নমক শীনথুংবা নৈ। কপ্নী অসিনা মতৌক চাদা লৈরগা মরিল লৈবা, মথৌদা কবা, মপাঙ্গল কনবা মী অমা ওইরকই। পূম্সিগী ময়োল ওইরিবা বীর্য্য অসিনু অরেম্বদা মাঙহল্লগা মচু মথেন হম্নরকপা মপাঙ্গল ইচোক চোকথবা, পুক্নৌং ঙমাং তশোয়বা অমসুং মরিম লৈতবা মী অমা ওইরকই, ইন্দ্রিগী মথা পোল্লকই। ইন্দ্রিয় পূম্নমকসু শোল্লমই। তোংগী মথৌ চাং নাইরক্তে, শিংলি শোল্লকই। বাহবা, অচাওবা অমসুং শিথবমচিংবা লায়না পোক্লকই।

শঙ্গোমদা ঘী শীন থুংবা লৈবগুম হকচাংগী ঙৈদা কপ্নোগী মচাকনা শীন থুংবা নৈ। হকচাংগী শক্তক খুদিংমক্তা শিনবথুংবা লৈরিবা কপ্নোবু গুপহনা মপান্দা লংখোকপ্রবদি শঙ্গোম মপান লৌখোক্লগা অমদি ছানা তাম্থোক্লবা ছানা মহীগুম ঙৈগী মতৌক ময়াই চমহৌই। ঊ পাম্বী অমগী ময়াদা লৈপাক্তগী হায় মৃতৈ চিংখংলগা মউ, মশা-মরেং, মনা, মপান, মহৈদা কোইরেন য়েনবগুম য়েন্দুনা মনাদা ইশং শংনা নোংখিজহনবা, মপান্দা খোংদা থৌনা কনহল্লবা মমম্ লুংশিনবা অমসুং মহৈদা মথেক মহাও হাপ্তুনা মশক কনহনবগুম হনা কপ্নী তেঙ্গোংকী মথুংদা হকচাংগী মচি ওইবা শক্তক মথৈ চিংশিল্লগা অমুক হকচাংগী মক্ত

ওইবা শরুক মথৈদা শীনথুংনা য়েন্নি। মহাক্না মতম কুইনা য়োক্পা হকচাংদা থপা ঙম্লবদি অঙক অঙকপা মীনা তৌওইদবা থবক তৌরকপা ঙম্মী। মাঙহল্লগা মপুক্সি মাঙখৈ। মখোয় অসিনা মপাদা মাঙহল্লগা করি করি ফিভম ওইরকপা অমখং য়োল্লগা করি তোংজবা হায়বগী মখোয়দা পৃথিবীদা কাওক্রিবা মহাপুরুষশিংগী বা মথং মথং ইরক্লি।

---

## বীর্য্য মাঙহল্লগা ওইরকপা ফিভম

বীর্য্যনা হিংবগী মরু ওইবা পাঙ্গলনি হায়না মথক্তা হায়রে। মসি মাঙহল্লগা করি ফিভম ওইরকপগে হায়বছু অমুক নৈনবসি। মীওইবগী পুক্কিদা খোপ মপূং কাহনা থাথল থমবা ঙম্লকপসি চহী মঙাদগি হায়না ভারতকী পণ্ডিতশিংনা লেপ্পে। মরম অদুনা চহী মঙা ওন্নকপদা মহৈ মশিং তথ্বা হৌনৈ। অহুগা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা চহী অহুমদগি হায়না লেপ্পী। হন্না পানবীক্ত মতুংইন্না থেংনরবঙ্গ খোপকা মপাঙ্গল মপূং ফাবদি অসিবাইদনি। খোপ মপূং কাইরবগী তুংদা হায়বদি চহী ১৪/১৫গী তুংদা মশিগী শক্তি অসি কাওরকপা হৌই। মথক্কী মরম অসিদগী থওজিনগদবদি—ঙ পাথী অমনা মরু হৌরকপদগী হৌনা মহৈ য়াম্মল্পা হৈজোং

কাবগী মঙ্গৌগুমনা পুন্সি। পামেলম্‌ বীর্য্যগী শক্তিনা ইকোন কোয়া কাওরকপনা হকচাংগী রস পুম্নমক্তগী, বীর্য্যনা ময়োলনি হায়রবসি মীংশিংগদবনি। লফুনা থয়ো শাংক্রিমথৈ লফু মশাদা য়েঙবা অমম্তুং রস শীজপুংবা লৈবগুম অহুগা শাংলক্তুনা লকোই পাক্রেকপা মতমদা লফুগী মীংথিজবমথৈ চঙথিবগুম বীর্য্য মপুং কাক্রিতৈ মমাঙদা মীওইবগী হকচাং অসি য়ায়া যৌবা অমম্তুং মহোশাগী মীংথিজবা শক্রোন অমা ওইরম্মী। অহুগী তুংদা পাথং কয়রুবা মতমদা বীর্য্যয়োমদা চিংথিহনা অহানবগী অনৌবা অমম্তুং অমেংবা শকলোন অহু মাঙগ্রগা হকচাং শাবেপ ফাবগী কিভম অমা লাকই। মহুগী বাদি মথাগী পাবাদা তুগাইনা ইরকনি। হৌজিক থঙজিনগদবদি পাথং অমম্তুং নৈশাবীগী মরু ওইবা শক্তিদি বীর্য্য অমম্তুং রস অনিসিনি। মসি শীজিন্নকন থঙদনা অয়েম্বদা মাঙহল্লগা ওইরকপা কিভম অসি হকচাংগী মরম মুম্না থিজিন্নবা পণ্ডিতশিংনা মতৌ অম্নুয়া লেপ্লী—ডাক্তর ক্যালয়েটনা ইরম্মী, "ফম্বিবু অয়েম্বদা মাঙহনবা ওক্তবা মপা অহুগী মপুক্লিদা মথাগী দশা তরেৎ অসি মথং মথং ওইরকই।" মহুদি—

অহানবদা—মায়দা উরীং থুংগনবা, হকচাংগী মকম য়য়াম্বদা হাকচবা, ফুগ্রী থুংগনবা, ঈ থাংলক্তবা মরম্না হকচাং ভাইরকপা, অরবা লেক কায়রকপা অমম্তুং খোজেল শোক্লকপা অমম্তুং মিং লুরক্তবনচিংবা খুদমশিং অসি অহানবদা দশাগী কিবমনি।

অনিত্তরকপদা— মঙদা কছা চৎপা, য়াঙ য়াবা, কোক চাওগনবা মীৎ কুৎশীল্লকপা. লাইয়িক কুইনা পাবা ঙমলক্তবা ঐশিং মরী শোল্লকপা অমসুং হকচাংগী থাউ (testicles) চোয়ল্লকপনচিংবা থুদম ফাওল্লকই।

অহুমশুরকপদা— হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লকই। হকচাং শেমগৎ শাগৎপদা থীল্লকই। ভুত্বা য়াল্লক্তে, উইনীংবা, ঙনুবা বেঙ্গল্লকই। খশোয় শোমবা, খজিক্তং হকচাং নোম্ব থোৎপদা শ্বয় থবেৎ থবেৎ হোমবা, য়াদগী তিল অমাঙবা, তাগন্‌বা লোক থুংবা অমসুং অরুম অপূম্বা নাগন্‌বা লায়না পল্লকই।

মরিশুরকপদা—কোক্তা, হকচাংগী নাক-য়েক্তা, য়াঙলেন্দা, থাঙদা, হকচাংগী তাং তাংদা নায়কই। করি করিগুম্বা মতমদা হকচাং শোকপদা শোকই হায়বা খঙদনা পঙথয়কই।

মঙাশুরকপদা— ঐশিং থোঙ অমি মশক কৎলক্তে, মপাঙ্গল শোল্লকই। ঐশিং য়াকম, চন্দ্রধাতু, য়াঙ কংশনবা অমসুং হকচাংগী থাউদা মরূম মরূম শৌনা পোম্লকই।

তরুকশুরকপদা— লমহুন, জুংশং, ঐতোন কায়বা পূক-নাবনচিংবা অরু-অরুবা লায়না নায়কই।

তরেৎশুরকপদা— য়াথল অরুবা থনবা ঙম্মক্তে। থুমা থুমা কাউগনি। য়াথল নৈয়ক্তে, শাউগনি" মকোক চীকনি। মথিৎ শোল্লকই অমসুং মনা তায়ক্তে।

হকচাং শোকচল্লকপঙ্গী থাক তরেং অসি ওন্তবা মুপা অমগী মশাদা মথং মথং ওইরকই। হকচাংগী মচি ওইবা কল্লিগা খোপকা মরী যাম্না লৈতে। মরম্দি হকচাংগী ভীং (জীবনী-শক্তি) দি হকচাং পুম্নমক্তা শীনথুংলা লৈরবঙ্গ কোক্তা তুংকল্লি। খোপকা শিংলিগা মরী অমুক যাম্না লৈতে। শিংলিদা হকচাংগী ভীংবা (Nerve force) কোয়চেম চেন্দুনা থবক থুদিংমক পাঙথোকচল্লিবনি। মরম অহনা কল্লিবু অরেম্বদা মকম ময়াং খঙদনা পঙমাঙ মাঙচল্লগা খোপ অমম্তুং শিংলি শোল্লকই অমম্তুং শিংলি লেঙংবা পাঙল পীরিবা শম্মোয়বু শোল্লকই। থম্মোয় শোক্লবদি যাম্না কিগনবা, মঙ্লাকুবা অকনবা থবক তৌবা ঙমদবা, মীয়ক মীচনথি ওইগনবা, অয়াংবা কাবা কিবা শাওগনবা, যাম্না বাৎসৌগনবা, মুংশা থীবা থবক অমম্তুং অকি অথঙ কল্লিমতা উধা ভাবা যাবক্তে। কুইশল্লক্লগা ভাওহনা চংকল্লি। চাবা তুম্নক্তে। অহিং মীংথিনা তুম্বা যাবক্তে। মবুক্তা মুংশিং কাগল্লি অমম্তুং ঈশিং তোয়না চংনীংলকই। ঈশিং চৎলুবগম্ব পাক কেক চৎপা যাবক্তে। অয়াম্বা মতমদা অমাংবা নৈথংকল্লি। মীংকী অকে'য়বদা অমুবা দাগ অমা লৈরকই। কল্লবদগী মুক হেক হৌগৎপদা মীতা তন্দন শাইরকই। হায়রিবা অসিদগী হেল্লিনক্লবদি লাইরেংবদা বায়ণা মম্না, ঈশিং পুকচৎ পেরেলাইসিস, হকচাং শিথবচিংবা তমথি তমথিবা লায়নাবা লায়ক্লুবা মপুক্তি অরেম্বদা যাঙলকই। মথক্তী লায়নাশিং অসিদা নভুমা তাইবৎপান: অসিদা অক অকবা, লায়না কয়াখক্তম

লৈরিবসিগী ক্ষৌরকর্মদি ক্ষয়িবু অবেস্থদা মাঙহনখিবদগীনি চায়না লায়য়েংবগী লাইরিকশিংদা য়াওরি। মরম অসিনা বীর্য্যবু চাউকাক সুংঙাইবা পাম্বদগী অবেস্থদা মাঙহল্লিবা মী-শিংদো মথন্তনা মথন্তবু মাঙহল্লববনি অমম্নুং মপুক্লিবু অরাবনা থন্নবা মরক্তা চিংথল্লবনি। অশেংবা সুংশিং, সুংশা, ঈশিং অকবা চিঙ্গাক কয়া চাহনম্নু অমম্নুং অকবা শাক্কেন কয়া ক্ষৌহনম্নু হকচাংগী মচি ওইবা ক্ষয়িবু অবেস্থদা মকম মরাং থঙদনা পঞ্চম্যাঙ মাঙহল্লবদি হকচাং ক্ষংহনবা ওমদে। পুক্নীং হকচাংগী মরোল ওইরিবা ক্ষয়িবু মপান্দা পুথোক্লনা অবেস্থদা মাঙহল্লগা সুংঙাই হায়রিবা মী অহুগী রাথল অহুদি মবুক লায়রবা লম-হুইবা শক্ত অকংবা অমা কংবরা অচাপোংনি থন্দুনা শায়হনা চাবদা মথয়াঙা ঐ থোরক্লগা মরৈদা ভাবদা মশাগী ঈবু শক্তদগী কংবা মফাওঙম থন্দুনা ভক্রংদা সুংঙাইবগুম্বনি। মতম কুইনা সুংঙাইনীংলিবা অমদি পুক্নীং হকচাং অমম্নুং রাথল ভক্ত-ভক্ত ভশেং-ভশেংনা থম্নীংবা মীনা বীর্য্য কদৌমৈওদম্নু অবেস্থদা থক মাঙহল্লোইদবনি। মাঙথ্রবা অমুক শিঙ্গংনবা হিদাক, চিঙ্গাক পৃথিবী অসিদা লৈতে। য়ায়া চোকশিন্নু।



# ফম্বি য়োক্লগা কান্নরকপা

মীওইবদি অতৈ জীবজন্তুম্না পোকপগা য়াম্না থুনা হকচাং কায়াৎ মপুং ফাদে। শা, উচেক অমম্তুং ঙামচিংবশুম্না থুনা হেক্তা চংপা, পাইবা অমম্তুং চাবা ঙমদে। মীওইবগীদি য়াম্না থোম্না মথং ; মথং ওইরকই। হেক পোকপগা ইন্দ্রিশিং অসি কয়িমত্তা মপুং ফানা শীঙ্জিন্নবা ঙমদে। ইন্দ্রি পুম্নমক্কী ইহান হান্না শীঙ্জিন্নবা হৈরকপদি লৈরেং অমম্তুং উনশানি। ইমাগী খোমলাং থকপা অসিমদি মহৌশা লাইরেম্বীনা তশীরকপগুম তৌই। মরম অসিদগী হেক পোকপগা খোমজোবী কৌহুনা খোম ইমবিবা মরম অসিদগীনি। চহি মঙা তজ্রিবা ফাওবদি হকচাংগী বুধি লৌশিং তুংনকম ওইবা থোপ অসি শেমগৎ-শাগৎপা মপুং ফাদে। মরম অহুনা ভারতবর্ষদা চহী মঙা তরগা লাইরিক-লাইত্ত তম্বা হৌনৈ। অহুগা ইউরোপতদি চহী অহমদগী হৌনৈ। হন্না পানি খেন্নবদগী চহী অনি খেন্নরম্ব য়াই। চহী কুম্নিথোই তজ্রিবা ফাওবদি হকচাংগী শারেপ মপুং ফাত্রি হায়রুনা নাবালক চিংই। আইনগী থোঙদদি চহী ২৪ তজ্রিবা ফাওবা চিংই। চহী তরাতরুক্কী চহী কুনমঙা ফাওবদি পাথংগীশিংদা চল্লি। মরমদি মতাং অসিদা উপালনা মপাল শাহুনা মহৈ য়াল্লকপা ঙম্নকপগুম মশাদা পুন্সিগী মচি ওইরবা ফম্বি মপুং ফারকই। মতাং অসিদা য়াম্না হৈশিংনা ফম্বি অসি চহী ১২ ফাওবা মপুংফানা য়োক্লনা থম্বা ঙম্নবদি হকচাংগী

কয়াং থুদীংমক্তা মচি ওইবা শরুক তু-শন্দুনা থম্বা ওম্বা ময়ম্না মীথোই মীহেনবা মী অমা ওইরকপা ওম্মী। স্বামী বিবেকানন্দনা হায়রম্মী:— বীর্য্য মপুং ফারকপা মতমদগী চহী তরানিথোই ফাওবা যোক্তুনা থম্বদি হকচাং পুম্নমক্তা শীনথু-না লৈহনা নীংথিজরবা লেক অমা কাহল্লি অমসুং থোপ্তা চঙবিহনা "ওজধাতু" কৌবা হকচাংগী মচি ওইবা শরুক অমা শাগৎলকই। মহু লৈরবা মীপা অহবু "উর্দ্ধরেতা" কৌই। অহুগুম্বা মীপা অহুদি মীনা অক্ক অক্কবা য়া ভাঙলকপদা থুনা ফাজনবা ওম্মী অমসুং থঙথিবা থক কাউগদে। মরম অহুনা বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না থৌবা কেল্লি। মশাদা অকি-অথং লৈতবা মরমনা থৌবা কৈ। মশাদা শিংলি তেকথক্তুনা লৈবা মরম্না মশাদা অতনবা লৈতে। অনাবা ঙাকথোকপা ঙম্বা পাঙ্গল য়াম্না লৈবা মরমনা মথল মথা অয়াম্বা লায়নাগী মহৈক্লা কন্বিমত্তা লাকচবা ঙমদে। তৌনজেম লাইচেন্দবা মরমনা তোথোরকপা থবক থুদিংমক্তা চঙথোক্লি অমসুং থুদোংথীবা লাক্লবা মতমদা মপুক্রীং তপথনা অরা-অনা, অকি অথং ইকোম কোয়া মায়থোক য়াবা ওম্মী। পুক্কীং-হকচাং অমসুং বাথল ইতেক তেকথক্তুনা লৈবা মরমনা মথিল লৈবা, থাঙবা কনবা অমসুং থৌনা লৈবা মী অমা ওইরকই। মবুকচেল ফাবা ঙম্মকই। মপুক্সি শাংই।- অক্ক-অক্কবা বাথল থজবা ঙম্বা ময়েম্বা হৈমীংবা মহৈ ইরায় লায়না হৈব। ঙম্মকই। মরম অসিনা পোকপগী মহৈ মানগে হায়রবদি পুক্সিগী মচি ওইবা কথি অসি য়োকদবনি। রামায়ণনচিংবা

হিন্দুগী পুরাণদা লক্ষ্মণ, হনুমান অমসুং পরশুরামমচিংবা মহা-পুরুষশিংনা মমাংবা অতৈনা তৌবা, পাঙথোকপা ঙমদবা থবক কয়া ইয়াই লায়না পাঙথোকপা ঙমখিবা ব্রহ্মচর্য্যগী মপাংমনি।

মহাভারতকী মতমদা ভীষ্ম, অর্জুননচিংবা মহারথীশিংনা লানকমদা পাঙ্গল বুদ্ধি, রাধনগী অঙকপা শক্তি কয়া কয়া উংখিবা ব্রহ্মচর্য্যগী মতেংমনি। হৌজিক্কী মতমদা হায়রগা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু, মহাত্মা গান্ধীজীনা রাজনীতিগী অকনবা লানকমদা চোংশন্দুনা মীনাইগী য়োহ্লিং ককথংলম্বা ব্রহ্মচর্য্যগী পাঙ্গলননি। আমেরিকাগী ধর্ম্ম সভাদা ফিভাং শেংপা লম্বোইবা বিবেকানন্দনা ওক্রবা ধর্ম্মগী বক্তৃতা তৌরূবদা পৃথিবী পুম্নমক্কী মীবু ওক্ষংখিবা ব্রহ্মচর্য্যগী মতুংননি। মতাকম্থ অহু মওায়, বীর্য্যবু য়োক্রবদি, মরিনবু চুম্রবদি নহাকম্থ মথোয়গুম্না মী অমা ইরাই লায়না ওইবা ঙমগদবনি। ব্রহ্মচারী নীংথীম্না ওইরবা মী অহুগী মায়থোংদি পূর্ণিমাগী থাবলগুম্না মপূ কানা ওক্ক ওক্কই। মমাম্নবা মকক্তা চঙবদা মওাল মশা চাউই। হায়-দোক্লপা থোজেল তাবদা মী ওক্ষংলি। মীয়ক্তা চঙহুনা রা ঙাওলকপা মতমদা মী থুদিংমক মরা লৌনীংই। মতীক চাবা নেতা অমা ওইগে হায়রবদি মপূং ফাবা ব্রহ্মচারী ওইগদবনি। পোকচমদনা পোকপা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লগা চাওথংপা পামম্রবা ইন্দ্রিয়গী মথা পোম্বুনা শা-ঙাওম চামীংলগা পংচো-চা কোয়নীংলগা পঙকোই কোয়রিবা মূপা অহু মশানা মশাবু মাঙহনরবনি। নহা ওইরিবৈ, মথোং কাবংলিবৈ মকম অসিদা

য়াম্না চোকশিন্না মশা মাঙগদবা কত্তবা শাজং মখৈ থাদোক্লগা লৌশিংগী মৈরা চুথত্তুনা ময়বা থুদোংথীবনা থল্লবা মীওইবগী পুক্নিংদা চাওথংপগী চীংদোল কাগে থোরাংলিবা মুপাদো মশাম্না মশাগী অশেংবা মক্লপনি। পোকচমনগী মথৈ য়ানগনি। মশাগী কান্নবা মপুক্নিং ওইবদা নত্তনা মবৈবাক অমম্তুং মীওইবা পুন্নমক্তী কান্নবা থবক পাঙথোকপা ঙমগনি। মহৌশাগী সৃষ্টিদা থবাগ পানবশিংগী মন্নুংদা বাথল লৌশিং মপূং ফাহনবা য়াবা মমম্না মীওইবগী মপোকপু পোকঙমদবা মপোক কৌমরিবনি। মীওইবা মপোক্তা পোক্লগা মরু ওইবা পাঙথোক্তদবা মথৌদি মশাদা থুপ্তুনা লৈরিবা বাথল লৌশিংগী থাওমৈবু ঙাম্না থাজত্তুনা অচুম্বা মশক থঙনা চংখিবনি। অচুম অরান লেপ্পা ঙম্নবা বিচার নশাদা কাওহল্লগা অরাবা মথৈ হুজেক্লগা অচুম্বা মথৈ লৌশিন্নুনা অরেপ্পা লৈতবা অপ্প'-নুংঙাইগী ঈপাক্তা হোংববা কনবগী নৌ পায়হুনা জ্ঞানগী চী তোংহনা পাক্লবা মমা তাইবং সমুদ্র লানগদবনি। মথল অমম্তুং লৌশিংগী মুক্ষমদি সত্যনা ওইগদবনি। সত্য লৈত্রবা বাথল অহু অশেংবা জ্ঞান ওইমু হায়বা য়াদে। সত্যনা মুক্ষম ওইরবা জ্ঞান অহুত্তনা অশেংবা নুংঙাইবা (আনন্দ) পুরকনি। মরম অসিনা হিন্দুগী শাস্ত্রকার-শিংনা ঈশ্বরগী মমিংবু "সচ্চিদানন্দ" কৌই। সৎ—অচুম্বা, চিৎ—অশেংবা জ্ঞান অমম্তুং আনন্দ—নুংঙাইবা অহুম অসি মুম্না থজিল্লুবদি পোংশক অমত্তনা ওইবনি। মরম অসিনা সত্য থিবনা পুক্নিংগী মরু ওইবা থৌদাংনি। ঐথোয়গী শক্তি

পূম্নমক সত্যনা য়ুম্ফমনি। মরমদি বিন্তা পূম্নমক অচুম্বগী মমূং চল্লিবনি। অসিগুম্বা অচুম্বা রাখল অসি ইশাদা লৈরিবা ইন্দ্রি থূদিংমকপু শীজিন্নহুনা থিগদোরিবনি। ইন্দ্রি থূদিংমক্তা শাথোবা (ড্রাইভর) দি পূক্নীংনি। পূক্নীং অসিদা অযোংপা রাখল লাক্লগা ইন্দ্রিশিংনা নত্তব', চুমদবা, ইশা মাঙগদবা থবক ত্তৌরক্লিবনি। পূক্নীং কাজিনগে হায়রবদি ইশাগী পাঙ্গল মপুং ফানা থমদবা য়াদে। রাখল, পৌশিং থোদনা য়াদে। তিন্নবিবা সঙ্গ কত্তবা য়াদে।

পূন্সিগী অকনবা লানফমদা নূপা থোদাং য়েংগদবনি। অক্ক-কত্তা পূম্নমক ইশা ইশাদা লৈরিবনি। চক্র-চক্রবা শক্তি কয়া মশাদা থুপ্তুনা অমম্বং তুংহুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা লাইগী ওইবা শক্তিশিং অসি হোৌদোক্লুনা অমম্বং কোঙচনা শীজিন্নগদবনি। শীজিন্নবা তারবদি পূক্নীং অসি চোইরোইদবনি। পূক্নীং চোইদনবা অথোইবা পাম্বেদি বীর্য্য য়োকপনি। নূপা অমম্বং নূপী অমগী থ্বাইদগী হেন্না য়েক্লবা রাখলদি অপাম্ন মুংশি-নুংঙনগী রাখলনি। পূন্সিগী তুংনফম ওইবা ফম্বিবু মপুং ফারবদি পাঙথোক্কে নীংবা থবক্তা মপুং ফানা থোয়জঙবা ঙম্মী। মরম অসিনা পাথং থূদিংনা মশাগী কান্ননবগীদমক্তা ইহান হন্না ত্তৌগদবা থবক্তি ফম্বি য়োকপনি। অত্তৈনা মশানি। হোৎনবা কনবনা মক্লনি। মরম অসিনা ফম্বি কয়া য়োকদগে হায়বসিগী মরমদা অমুক থিজিনসি।

# বীর্য্য করম্না য়েংকনি ?

বাখল লৌশিং অমম্তুং হকচাংগী মচি ওইরবা বীর্য্যবু মপুং ফানা য়োক্নুনা থম্বা ভরাই-ভরাইবা থবক্তি নত্তে। মাগুম্লগা ফত্তে থগুনা থডবা ভাইবং মায়াগী লীচিংবা মথহনা চিংই। খোৌরবা থাঙগী মরাদা খোঙ থাংহনা চৎপগুম নে। তোইগুম্লমতুং চেকশিল্লগা তৌঙমত্রবা থবক করা পাঙথোকপা ঙম্মী হায়ব-সিমদি কাউফদে। পুক্নীং, হকচাং, থরাম অহম্মক্না তোগে লেপত্রবা মুপাদদি ঈশ্বরনা মত্তেং পাংবি। ইখোল কোইবা মূপা অমনা মাফাক্না থাজবিবা মহৈ-মরোংবু মীংখিনা মকৈ চাগে থম্লবদি মাংকৈ শিপালমক্তা অম্বল নীংখিনা থাহনা শা, মথ ডাকপগুম ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্কে থম্লিবা মূপা অমনা মহাকী পুক্নীং লোৌফমদা মায়াগী শা-মথগী মশক ওইরবা মগুবা বাখল চঙলক-ভরবা অহোবা নিপালথক চোকশল্লা ডাকথোকপা য়ানথা মেল-হৌবা তাই। মথুদি :—

অহানবদা— মীংয়েং চুম্বা, মশক মতৌ ফজবা, মথোং কারকপী মগুং মমাঙবী করাগী মায়থোং থক য়েংদবা। ফরিগুম্বা য়েংলুরবস্থ কামগী বাখল পোক্কনথা কম্না হোৎনবা। মিৎয়েং চুমত্রবদি মিত্তা ভমথিরবা কামনা চোংশম্লুনা পুক্নীংবু ইরাই লায়না হমহনা পুথি। মরম অস্নিনা ভম্বা মথৈ মগুং মমাঙবী অমগা থক মিং চান্না য়েংদবা। ওম্বা মথৈ মিৎয়েং অসি লৈপাক্তা হকচাংদগী মাঙদা লমমুক লাপ্পা থমহনা য়েংবা মিৎ

হায়বা ইন্দ্রি অসি থরায়গী চাউরবা মিহুৎথোঙনি। থরায়দগী হৌরকপা রাখলগী মশক ওইরবা পুক্লীংগী মশক্লা মপান ভাইবংদা য়েংলরগা মঙাল অহুবা লম্বী ওইহুনা মপাংগী পোং পূম্নমক থম্মোয়গী মিংশেলদা তা'রিবনি। মরম অসিনা পুক্লীং তম্নংখিবা অমম্মুং রাখল মপান থোকখিবগী শক্লক অরাম্বদি মিত্তগীনি। অপাম মুংশিগী রাখল পোকহনগদবা ইশাগী পুক্লীং চোইহনগদবা মিংকমদা অমাঙবা রাখল থক চঙহনকয়োই। টর্চ-লাইট কাপ্লগা মপুংগী বেটরী চার্জ্জ মাঙবগুম বীর্য্য মাঙই।

অনিশুরকপদা— মতং নমান্নবী করাগী নাক্তা মকলুগে থন্দবা অমস্মুং মশাদা অপাম মুংশিগী রাখল য়াওনা শোকে মীংলুদবা। মীওইবগী হকচাং অসি দ শিংলিদনা রাখল পূম্নমক পোকহল্লিবনি। উবা, শোকপা, তাবা, মহাও থঙবা অমস্মুং মবম লৌশিন্নকইবা অমস্মুং থবক তৌবা ওমলিবা পূম্নমক শিংলিগী মতেংনি। অরা-অনা, অকি-অথং, মুংচাইতবা শাওনীংবা, হরাওবা অমস্মুং পঙথবা পূম্নমক শিংলিগী কিভম হোংলগভা ওইরিবনি। শিংলিনা পুক্লীংগী টেলিগ্রাফ য়োংলিগুম্বনি। মরম অহুনা শোকপা হায়বসি ইথঙ থঙহৌদনা পুক্লীংগী কিভম কোংবা চম্মী। মরম অহুনা জীবনী শক্তি মাঙই অমস্মুং বীর্য্যগী শক্তিসু মাঙই।

অহুমশুরকপদা—মতং মথান্নবী করাগা কম্মিনহুনা নত্রগা নক্লহনা শাম্নমিন্নগে থন্নুদবা। য়োংচাবীনা য়োঙ্‌মবু মনাক মক্লবদা ইরাই লায়না মহাকী মপাক্লনা চিংশিনবা ভম্বগুম

মুপীগী মশাদা মুপাবু মুপাগী মশাদা মুপী চিংশিনবা ঙম্বা মহৌশাদগী য়াওরক্রবা মিৎকনি উৎপা ফংদবা ঙক্লবা শক্তি অমমম লৈ। মহুগী মরমদা মতাংচানা মখাগী পন্দুপ্তা য়াওরকনি। ইশাগী মুপা ওইবগী শক্তি মাঙই, চোকশিল্লু।

মরিশুকপদা— মরূপ মপাংদা কনাগুম্বী মুপী অমগী মরমদা, মশক মতৌ কজবগী মরমদা অমম্তুং মুংশি মুংওনগী রথল য়াওবা র'য়ী রাতাই থক শাক্লদবা, রায়ী শাবগী ঙক্লবা পাঙ্গল অমা লৈ। শারিবা মুপা অমম্বং তারিবা মী অনিমক খম্নরিবা হিরম অহুদা পুক্লীং চপ মায়থা চঙখিমৈ, রাথল হায়বসি মিংশেলগী মশক্তি। শাক্ল-শাক্লবা রা অহুগী মমি অমমম রাথলগী মিংশেল অহুদা তাকই। মরম অহুনা শাগ্রিবা রাখল অহুবা মখোযগী পুক্লীং অহু লোই চল্লি। মতা চাগ্রগা ফোটো নম্বগী নেগেটিভ তাহনা লৈহৌবগুম্ব থম্মোয়দা চুদুনা লৈহৌই। লৈহৌবদা নত্তুনা রাথলবু ঈথক ইরাং লায়না হোৎনবা ঙম্মী। মরম অহুনা মহাক্কী থোরবা পাম্মুরবা পুন্সিগী মরু ওইববা রাথলগী শক্তি অহু অরেম্বদা মাঙহনা তোকই। মরম অহুনা পুন্সিগী শক্তি (জীবনী শক্তি) মাঙশকপা মরমনা বীর্য্যগী শক্তিসু মাঙলকই।

মঙাগুরকপদা— কনাগুম্বী মগুং মমাম্নবী অমদা থক লকনক্লদবা অমম্তুং রায়ী রাতায় থক শাক্লদবা। থোক্সেলগী ঙক্লবা শক্তি অমা লৈ। মুপী মুপাগী অপায় মুংশি থোক-হল্লিবসি রাহৈ থোনকমদা পুক্লীং তক্কংপা ঙম্বা মোংথাংতারা

শক্তি অমা নৈ। থোক্লেম্না জগৎ অসিবু ভাক্লিবখি। থোক্লেম্না জগৎ অসিবু যোক্লিবনি। বঁহৈ হায়বসি হকচাংদগী থোরকপা খরায়দগী হৌরকপা মৈগী মশক্তি। অরেম্বশ্না কামগী রাখল্দা বারী বাতাই শানক্লরবদি পূক্নি থাওমৈগী মৈরি মতাম য়াম্না হুহুরকই। মরম অহুনা বীর্য্যগী শক্তি মাঙই।

তরুকশুবকপদা — কনাশুম্না সুপী অমগী রাখল খরক তৌরকদবা। মীওইবনা অহাংবা খবক থোক্লকপসি রাখলদগীনি রাখলদা মমি ভাগ্রবা খবক অহুবু চুপীবা ( সংস্কার ) কৌই। মহুনা হকচাংগী মকম খুদিংমক্তা থোরক্লুনা মপানগী ইন্দ্রি খুদিংমক্তা থোরকই। মমৈদা মপাল থোরক্লুনা অফবা নত্রগা ফত্তবা খবক কয়া পাঙথোকই। সুপী অমবু ইতত্তবা নীংশিংলবদি ইমাবু তত্তনা নীংশিংলগা অমাঙবা এাখল কাউবা ঙম্মী। মমম অহুনা সুপী খুদিংমকপু ইমাশুম্না নীংউ কায়রিবা মরম অসিদগীনি। মীওইবদি মহাক মহাক্লা নীংলিবা রাখল অহুগী মশক্তি। ইমা নত্তনা অতোপ্পা অপাম সুংশিগী পোক্লা সুপী অমবু ইতত্তনা খল্লবদি ইবাই লায়না পূক্নীংদা কামগী রাখল চঙলক্লুনা মথক মথা ওনবা ঙম্মী। মরম অহুদগী বীর্য্য মাঙবা য়াই।

তরেৎশুরকপদা — সুপীগী রাখল অমুক খল্লম্বদগী হোঁজনখিংদুনা মাঙনবগী মশক ওইরবা মৈথুনবু কয়ামুক সুংতাইরমগদগে চাং অমুক্তং ম্লেংগে হায়না কয়া খল্লকপা পূক্নীংগী ঈছন অহবু খাদোকদবা ওই; মহোশানা কাম হায়বসি মমিং তাঙই।

অক বস্ত অচুম্ব-অরান মশক খঙলক্কে। ইশাগী বাখল অসি চপ-চাবা লেপ্পা ওয়রক্কে। হকচাংগী ইন্দ্রি পুম্নমক ডাক্রবা মওং অমা ওল্লকই। মীওইবগী মশাদি মশৌশানা বাখল অমম্বং শিংলিগী মথা পোনবনি। বাখলগী অরানবা চুম্থোক্লগা শিংলিন্থ মহাক্কী হায়গী ক্ষিবমদা হল্লিনজখিনি। ঐগী ব্রাখল অমম্বং শিংলিশিংবু থুহম চলহৌরবদি কামনা লংকচনা ঙম্মোহে। য়াম্না চোকশিন্না বাখল অমম্বং শিংলিদগী ঐনা তোঙান্না লৈরবনি। গ ভৌগী ড্রাইভর অমনা গাড়ীদগী তোঙাম্না লৈরগা গাড়ীবু মহাক্না লম্বী.বা মায়কৈদা লৈনবা হোংনবগুম কামগী বাখল অমম্বং শিংলিগী ক্রিবম হোংলক্লিবহুদগী মায়কৈ অমবোমদা হোংনবা হোংনখদবনি।

নিপাল শুরকপদা – ইশাদা লৈরিবা বুক্কি লৌশিং হকচাংগী মচি ওইবা বীর্য্যবু মপুং ফাত্রবৈঙদা শেয়াম্নবা বাখল অমম্বং অমোংপা শাজগুগী মতাং চাদনা কাংগী থবক্তা লুপ্পতুনা মাঙ-হনগে খঙবা। মবুক লাম্নবা লমজইনা শরু অকংবা শায়হুনা চায়রগা মথয়াওগী খোরকপা ঈনা মরৈদা তারগা মশাগী ঈনি হায়বা কাওথোক্নবা শরুদগী কংলকপা মহাও ওইরবোই। লৈংহনা মুংডাইবগুম ইশাদগী বীর্য্য মপাম থোকপদা মপাঙগী ক বা মুংডাইবনি হায়না লৌরিবা বাখল অহ্ অরানবনি। মিংকুপ অমতং মুংডাইনীংবদগী মতম চুঙ্গদা মুংডাইবগী তুংনক্ষম ওইবা বীর্য্যবু হকচাংদা অম্লুম তুংশিন্দুনা থম্বা অশিংবগী থবক্নি। ঙসি মুংডাইখোকপ্রগা হয়েংদি য়াগনি। হয়েংগীদমক্তা য়োক্নুনা থম্নগা থম্নিবমথৈ

হুংঙাইবা য়োক্কনা থম্লিবনি হায়বসে কাওদনবা ফোংনগদবনি।
“বীর্য্য য়োক্লিবমখৈ হিংলিবনি মাংহল্লগা শিবমনি।”

—( শিবসংহিতা )

মথক্তা তাকখ্রিবা নিয়ম শিংলাল অসিবু ঙাকপা উম্লবা মী অদুবু ব্রহ্মচারী হায়না কৌবা য়াবে। মহাত্মা গান্ধীজীগী ব্রহ্মচর্য্যদা অহুম্না ইরি— ব্রহ্ম=সত্য চর্য্য—চর্চ্চা তৌবা সত্য থংনবা হোৎনববু ব্রহ্মচর্য্য কৌই। স্বামী শিবানন্দজীনা অস্তম্না তাক্লি- “ঐখোয়গী কন্থি অসি ব্রহ্মগী মশক্তি মঙাকপু হকচাংদা মতম কুইনা য়োক্কনা থম্নবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।” মুম্না থংলুরবদি বাইৎদা মান্নব্রবস্থু বাথলগী ঈচেলদি অমগুনি। মরমদি মীওইবগী হকচাংদা সত্যগী তুংমকম ওইবা অশেংবা হুংঙাইনবগী মশক ওইরবা শক্তি অসিবু মাঙহন্দনা য়োক্কনা থম্নবু হায়বনি। পূক্তি অসি থাওমৈ অমগা চাংদম্নবগা হকচাংগী কম্বিনা থাওগী মশক্তি অহুগা থাওদগী ওইরকপা মঙালগী মশক্তা বাথল লৌশিংনি অমস্থুং থবায়না মৈগী মশক্তি। অশেংবমক্তি কম্বি মীংথিবা য়োক্কনা থমগে থল্লবদি ইহান হাননবদা ইন্দ্রি পুম্মক্তী লুচিংবা পূক্লীংবু হায়না লাকশিন্নবা ফোংনগদবনি। পূক্লীংনা স্বর্গ কাগদোক্লিবনি। পূক্লীংনা নরক তাগদোক্লিবনি। মিৎ, নাকোং, নাতোন, লৈরেং অমস্থুং উরশা মঙাগী খুৎক্তি পূক্লীংনি। মরাম অসিগী মথক্তা বায়েন থোদাক্লিবনি। পূক্লীংদা লৈরিবা মীংবা পাঙ্গল (ঈচ্ছ'শক্তি) অসিগী মতুংইন্না হকচাংগী ইন্দ্রিশিং অসিন্থু থবকলোমদা ওন্থোক্লকই। মখোয়গী পূক্লীং

অসিতবু ঐখোয়না লাকচফনা থূহম চনবা ওমজরবদি জগৎ পূম্মক জয় তৌবা ঙমগদৌরিবনি। পুক্নীংবু ক্ষাজীনবা ওমজৌদফনা অঙাওবা লগোল তোংবগুম খুজ্জি পায়বা হৈতবা মীনা খুদোংথীবা নংবগুম ঐখোয়গী পুন্সি অসিনা পুকচেল কাবা হৈত্রবদি অরেম্বদা তাগদৌরিবনি। পুক্নীং অসি মশক উদবা মিংশেল অমত্তনি। উক্ত তাকুবা অমম্নং তিন্নরুবা মরূপ মপাংগী রাখল অসি হেক হেক পুক্নীংদা মখি তাপ্রগা লৌরগনি। লৌনগনবা লায়রবা কলেবা, লায়খোকপা, মক্ষারদগী হেন্না তিনরুবা মীদগী রাখল অসি হেক হেক থূবা লৌরগনি। মরম অসিদগী মীওইবগী পুক্নমদি ইচ্ছতনা তোংন-তিনরিবা মীগী শাজৎ ইরাই লায়রনা লৌরগনি। মরম অসিনা ইহান হান্না চোকশিনগদবদি মরূপ খনবনি।

---

## মরূপ খনবা

(A man is known by the company he keeps )

মী অমা মশক খঙগে হায়রবদি মহাক্কা তিন্নরিবা মরূপ মপাং মশক খঙলগা মহাকী মখিল মূমা খঙই। স্বামী শ্রীশিবানন্দজীনা থূদম অমা পী:—কালেনগী শারবা হুংনাদা থরায়পানবা পূম্মক অহুম থাঙবা ওম্নী। তৌইক্তমনুং মুংনানা সৈমবা লৈতোই চে'চে'াবী মথক্তা খোঙ থাহনবা চৎপা ওমদে।

অদুগা মৈসু মীওইবনা শীজিন্নবা ঙম্মী। কনাগুম্বনা হিদাক থকপদা টিকি মৈতাম অচাকপা মথুংনা পায়বা ঙম্মী। মৈনা চাক-ঙৈশিং থোংবৈ। নীংথম্লগা মৈ তাকই। তৌইগুম্বসুং মৈদা ইকলুববা যোত্তি পায়বা লোকপা ঙম্দে। লোকলুববদি মকচং পোকই। মৈদগী মৈদা ইকলুববা য়োংবা হেন্না শাথি। মতৌ অদুগুম্না মূপীদি থোইনা নুংশা থিকম লৈতে। রাথলবু শেংলবদি কামগী রাথলবু লৈত্রবদি ইমা-ইচাগী অমম্বুং ইচল-ইচেগুম্বা থল্লগা কামগী রাথল পোকহন্নবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মূপী মহা য়াম্না কোয়কপা মরূপ-মপাংদি খুদোংথীবগী মশাক্কু। য়োত্তা ইকলুববা মৈগুম্বনি। শা কৈদি উন্নবগা চেল্লগা অমসুং লোংলগা হিংই। কত্তবা কোয়গনবা অমসুং ওক্তবা মরূপতি চেন্দুনা হিংদে। উনকপদা লাইরেন ওকুবক্তম কত্তবা রথলনা লাই-চুবকই। মীনম্না মহাগী নুংঙাইবা, পুক্নীং ঊথক ঊরাং কৌহং-গদবা রাবী রাভাই করা শান্নুনা মত্রগা ওক্তবা লম্নীদগী নুংঙাইবা কয়াদা চিংশিন্দুনা পুন্সিবু মকখ মরং কন্নিমত্তা পঙদনা মাঙহনগদবগীদমক্তা হেংনরকই। মখোয়না তৌরবা থবক অহ্ কত্তবনি হ'য়না মখোয়গী রাথল কন্নিমত্তা লেপ্পা ঙমদে। মহাক্মা মীনম্বা নুংঙাইবহুগীদমক্তা মপুক্নি অহুমা অয়েঙদা মাঙহললি। কামগা মরী লৈনবা থবক্তনা মখোয়গী নুংঙাইব'ন। টিবেমা, থিয়েটর, সিকোম, থাবল অমসুং মৈ থিবমচিংবদা শা মথম ইকাইবা লৈত্তনা লোইতানমনবগুম মূপী নহা মরক্তা কোয়না কোয়না ঈমহুনা চংলি।

মখোয়না হায়রিবদি অসিনি মীওইবা পোক্রবদি নুংঙাইবা থিগদবনি। নুংঙাইবা পূম্নমক্কী খাইদগী হেন্না নুংঙাইবদি কোয়বনি। অপাম-নুংশি রাখলদা তাউবনি। ইশুং ইমান্নবী মরক্তা লৈজবমখৈ শেং-চারগা অমম্ভুং ঙম্বমখৈ লৈজেংলগা নুংঙাইখোক্কদবনি। মীওইনা পোক্লগা নুংঙাইবা ফংদ্রবদি মী অহুদি পোকপগী মহৈ যান্ত্রবনি। সংসারদা অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা করি লৈবগে? অসিনি মপোয় অহুগী পূক্নীং অদো কামগী তেন্না পান্দুনা অমম্বা রাখলদা লুপ্প্রবনি থী-মুংদা হিংহুনা লৈবা তৌল কাঙনা মদুক পেন্না চাহনা লুপ্পুনা লৈবগুম পোকচমনগী মহৈ যান্দ্রবনি। ডাইহাক নুংঙাইংগা থুনা রাবনা ং ইল্লক্কদৌন্নিবা ওক্কবগী নুংঙাইবহুবু অশেংবা নুংঙাইবনি হায়বা হৌরিবনি। নহাক্লা থিগদৌরিবা নুংঙাইবদি মতম চুপ্পনা লেঙদনা লৈবা অমাং-অতা লৈত্রবা নুংঙাইবনি। শা য়ু, কানি, গঞ্জা, বেশ্যা বেশ্যা মরক্তা নুংঙাইবহু মপাম্ভোংগী অরেপ্পা লৈতবা কামগী মনুংঙাইনি। নশা মাঙগনি অমম্ভুং পুক্স মাঙগনি। অশেংবা নুংঙাইবগী ওন্ন-তৈনবনি। জ্ঞান লৈবাশংগী মমীতা মখোয়হুবু শা-ঙাদগী হেন্না তোন্না উাবনি। ডাংশিন্নবদগী পোক্রকপা মীবম্বা নুংঙাইবহু য়াওক্লাস হায়না চম্বাশন্নকপা মীশিংদো ঙম্বমখৈ মনাক নকলুগনু। রাবী-রাতাই শাগনু। অপুম্বা হে মরক্তা অতেকুপা হৈ খন্নবদা য়াম্না থুনা পতুনা মাঙবগুম নংস্থ অবেম্বদা মাঙগদৌন্নিবনি। হকচাংগী লায়না লৌনবদি লাই। লায়য়েংলগা কোকপা ঙম্মী। ফত্তবা সঙ্গদগী লোয়কপা ঃক্তবা

শাজংকী লায়রাদি চুমথোকপা য়ায়া রায়। অমুম্বা রাখুলদা পুক্লীং লুপন্নবা অপাম মুংশি রাখলবা তীন চঙলবা মরূপশিং অহুগী রাখল অহু গুন্নংপা, বুদ্ধি লৌশিং মাঙবা অশাওবা অমম্লুং পেন্দবনচিংবা পাপকী ঈথক্তনা থন্দুনা লৈরিবনি। মরম অদুনা তৌহে তৌহেত্রবা অরাণবা থবক কয়া করিসু নত্তবদসু ইরাই লাইনা তৌথোক্লকই। মথোয়গী পৌষ্টকশিনা নত্তাকসু মথোয়না তৌরিবা পাপকী থবক অদুদা শোয়দনা চিংশিনগদৌরিবনি, চ্যোকশিল্ল্। মীনম্বা মুংঙাইবনা নরকী মশ কু। অপাম্মদা মতম নশাগী শক্তি লমচৎ মাঙজনবগী মরু ওইবা থবক ঙাক্তবি। মথোয় উরগা হাপ্না চেন্থোকউ। মথে য়ত্রবু মুংশিরুগন্ন। মথে য়না তৌরিব থবক অচ ফাওবা কৈ ঘরে হায়না পাউতাক পীরুগন্নু মশক উরগা ঈশ্বরগী নাম শোল্ল্। নহা ওইরিবৈগী পুকচেলদি অপীকপা উ চাবগী মশকনি। করিসু নত্তবদসু অরেম্বদা মাঙখিবা য়াই। শম্বন খাজিন্দুনা থমগদবনি। চাবদগা উ'পাম্বী কারক্রবা মতমদা শম্বন থ দ্রবস্তু শা বণবা মাঙজনবা ঙম'দ। অহুগুমহনা ফন্তবা সঙ্গী ম'ক ওইরবা শা মণ অদুদগী মশাবু শম্বনবা খাজিন্দুনা থমগদবনি। প্ৰদীগী র রী সিনেমা ড্রামা অমম্লুং রাজনীতিগী রা কেক তাবদা পুক্লী দা ইথঙ থঙ-কোদনা ময়াই কারক্রিবনি। পুক্লীং ময়াই হেক কারকপা মতম অদুদা পুক্লীংগী ইচ্ছল অহু ফাগৌবা ঙমগৌদ্রবদি মৈরানবীবা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিবগুম নপুন্সি অরেম্বদা মাঙগদৌরিবনি। তৌনীংবা, মাওজনীংবা, কেজনীংবা, শেচ্ছ চাজনীংবা, কুষ্ঠ

ফিরোংনচিংব ঈরাংদা তাউথকনীংবা কাংবুদো তুরেন্দা অপুম অপা, কৌবী-পীনা: তাউথখিবগুম তাউথকখিসনু, মংদি তাউথোক-ফরোই। পোকপগী ওইক য়ানখিগনবনি। পোকচমদনা পোকপা মীওইবগী মপোক্কি। পাৎথংগী মতম অতাংবনি। নোংম-নোংমগী মতম হৌদিগদবনি। হৌখিবদা মুংচাইথোকখিবনা তুংকোইনা মুংচাইয়ু হায়বা য়াদবনি। রাখল নৈত্রনা, মমা মপাগী রামনবা পোকপা, রাজক-রাজেন্দ্রগী কাবল মপাল থোকখ্রবা মরূপ শিংদো মংবু ইত্তত্তবা চাবা লাক্লিবদু মচোন্দগী করিগুম্বা ওইজবা অমা লৌংগোংক লাক্লীবনি। শেল লৌখিবা য়াই, মতম মাঙ-হনবা য়াই। মরুপ মংবু মঙবা থবক্তা শীজিন্নবগা য়াই। থাজরুগনু। মা ওইগে হায়রবদি ভগৱৈথে মী শুকতিন তিমরুগনু। ভমদা ভমগ্রগা মচোন্দগী হেন্না মরম ওকপা মী থন্দ্রবা তিংমো। তিমরুবা মীগী মমায় য়েংহনা ইশা মাঙহনফরোই। তুংগীদমক্তা ইশাগী ফিবম অমা শেমহোৎগদবদু শেমহৌবা ভমদহনা অরেম্বদা তোকফি ড্রামা, সিনেমা, থাবল চোংবী, লিকোলবচিংবদা চাও-মিন্নরুসি হায়বা হৌরিবা মরূপ্তু অফবা মরূপ নত্তে। অচুম্বা লম্বীদা চংমিন্নসি হায়বা হৌরকপা মীহুৎবু অশেংবা মরূপ্পি হায়বা লৌবদি য়াই। মশাগী মুংচাইবা থিরিবা মুপাদো শোয়দনমক মতম অমদা ঐগী মাঙনবা তৌরকপা য়াই। তিমরুগনু। মীগী মশক ওইবা সঙ্গদি অফোংবা সঙনি। ফোংদবা ভক্রবা সঙ্গ অমগা লৈরি। মহৃদি :—ঐনা পাক্লিবা লাইরিকশিং। লাইরিক খুদোংমক পাবদা মতিক চাবা নত্তে। নোভেল, ড্রামা, উপন্যাস-

মচিংবা লাইৰিকশিংদা অপাম-মুংশিগী ৱাখলনা পীকথনবা মৱাম্ অহূ ব্রহ্মচারী অমগী মকমদদি হূগী মশক্তি। পাক্নবগা লাইৰিক অতূনা মংগী পুক্নীংদা থায়ক অমম্নুং নয়িকাগী মুংশি-মুংওলগী ঈথক্তা পুক্নীং অসি ভাউথখি। ভাউথবগা লোয়নবা ইশানা নায়ক ওইৰগা ঐগী নায়িকা অমা মপা লাক্লকই। ঐন্দু ৱাখল অহূগী ফিদমদা মখোয়গী মতৌ ভাইংলকই। মী·ম্বা থিয়েটর হোলদা পাজিন্নবগী শীলদা মাঙনবগী মশক ওইৰবা পেন্ট তৌহনা ঐন্দু পার্ট লৌবীংলকই। মীনম্বা ভাক্তনি ওইদবা ভাক্তনি। মাঙনবগী মশকনি। পাক্নহু। কনি কয়াগী ঙক্লবা কল্পনাগী ৱাখলনা নঙোন্দা ফত্তবা, ব্রহ্মচর্য্যগী ওমৈতেনবা ৱাখল অমা পোহল্লগা মাঙনবা লম্বীদা চিংগদৌৰিবনি। মরম্নাই ৱাখল থজবা ভমত্রবা মুপা মুপীদা, ওইদবা বা কয়ামকম শেম-জিন্দুনা মংগী নপুক্নীং চিংগে তৌৰিবনি। মহূগী মহুত্তা অপাম মুংশিগী ৱাংথদা নৈবা, অচুম্বা চংপা, মহাত্মা মহাপুরুষশিংগী পুক্নিগী ৱারী অমম্নুং মখোয়গী পাউতাক পাহনা ইশাবু ইশানা চাওথংমবা শেমজগদবনি। অভোক্পা নংগী মরূপ অমনা পাকনবগা নঙোন্দা ৱারী লীবা হোংকক্লবম্ মঙোন্দা য়ায়া লোল্লুক্লা হায়দু, অপাম-মুংশিগী ৱারী য়াওৰগদি ভাহনবিগনু হায়না হয়া হয়া হায়হনা শান্নৌ "সঙ্গনা স্বর্গ বায়। সঙ্গনা নৰক তাই।"



# মমাংঙৈগী অমসুং হৌজিক্কী ছাত্রগী পুন্সি

রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী বারীদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। মতুংদি :— থায়নগী আর্য্য ভারতকী মতমদা গুরুকুলগী পথাপ মতুংইন্না নিংথৌ মচাদগী লায়রবা চুদংনবা মচা কাওবা চহী ৯ দেক গুরুদগী হৌনা গুরুগী মনাক্তা লৈহনা মহৈ তম্মরম্মী। অদুগা খুদিংমক য়াম্না চম্না লেনবা অমসুং অবাংবা বাখল থনবা তশিন্নরম্মী। গুরুগী চৈথাক মখাদা লৈহনবা মযম্না শেংপা-চাবা করিমত্তা কেথোক-মৌথোকপা য়াবমদে। এন্দা চঙ্বা শীং চমবা অমসুং লৌবুক লক্লা'বা পা .বণনচিংবা শেলহন্দুনা অবাবা কয়ামুক থাংবা তশিন্নরম্মী। শীজবমা অচম্বা অশেংবা চিঙ্গাক (সত্বিক-আহার) শীজরম্মী। থোঙউপ খুরুম ছাটিনচিংবা শীজোম-কল্লমদে। ছাত্র খুদিংমক ব্রহ্মচর্য্য ব্রত ভৌকল্লি। সন্ধ্যা অহুম্মক্তা ঈশ্বরদা লৈশি-লৈখোনবা অমসুং যোগ সাধনচিংবা তশিন্নরম্মী। চুরুট, বিড়ী, হিদাক্তি মতম অহুদা মশকপু ইখঙ খঙনরমদে। মরাই কাবা পোং অমত্তা ওকসি শীজিন্নহল্লমদে। ছাত্র খুদিংমক অয়ুক অঙনবদা (ব্রহ্ম মুহুর্ত্তদা অয়ুক পুং ৪ তাবদা) হৌগৎতুনা মপাল-ইপাল থোক্লুনা খোঙ খুং হাম্দোক্লবগী তুংদা তুরেলদা চৎতুনা ইরুনথোকই। ভল্লিনৈদা পুক্নীং অমত্তা ওইনা বাখল থনবা ভগবানদমক্তা ধ্যান তৌবা তশিন্নরম্মী। হকচাং মশুং-

মপাল শেংবা থগা চেয়বগীদমক্তা যম নিয়ম আসন প্রাণায়াম (থবগী শাস্ত্রেন) ঔরাইহল্লি। অহুদগী তুংদা গুরুগী পুন্নাগীমক্তা হৈ-হৈ হেকপা চংথোকই। গুরুবু মখোয় থুদোংমক্ত ঈশ্বরগুম্বা থল্লম্মী। মতৌ অশুম্ব চহি ২৫ শুবা কাওবা মচৈ মশিং তমহুনা ব্রহ্মচারী ওইহুনা লেল্লগা মুম পানবদা মতৌক চারে হায়বা গুরুনা থহকপা মতমদা য়ুম্নালোম Sexual Science) মতৌক চানা তম্বীরগা গুরু দক্ষিনা মতৌক চানা কংলল্লগা ময়ুমদা চল্লকই। মতমতুগী ছাত্রশিংগী লিংজেল পুকচেল অমম্বুং থোনা শীংথাক্লহুনা কৈদৌনি। ভীষ্ম, আর্জ্জুন কর্ণ, পরশুরাম, রাম-লক্ষণমচিংবা নহা ওইরিদৈদগী ফিবম অহু কয়া মীংথীজপ্ৰবা।

হুজিকী ছাত্রবা ময়ুমদা লৈহনা মমা মপানা লুবা য়োকপা নত্ত্রগা হোষ্টেলদা লৈহনা মিংথৌ মচা-মগুগুম মীনাই মীশল্লা সেবা তৌহুনা চাউথোকপা তম্মী। মমীং-মখা তম্না ট্রাওজর, কোট, তাই, পাউদর, স্নোমচিংবা তৈহুনা পোকতমদনা পোকপা মশাবু কেসনগী লাইফদিবী ওথোকই অয়ুক পুং ৭/৮ তাবদা হৌরগা অয়ুক চা কপ অমা থক্লিবমথৈ মথোঙ হাথদোকপা য়াদে। চুরুট, বিড়ী, খা চাহুনা শিংলিগী ময়াই কাবা তম্বী। ব্রহ্মচর্য্যগা ওমতৈনবা সিনেমা ড্রামানচিংবা ইন্দ্রিগী ময়াই কাগদবা অমম্বুং পুক্লৌং ঈরাং হৌগদবা কুম্মৈ য়েংই। শেংচাবদা মহৈ মহৈ তাবে। মমা মপাগী শেল অবেবদা থরচ তৌহনবা, হোকী, ফুটবল, টেনিস, কেরোমনচিংবা শামহুনা

মতম লেপ্রি। লাইনীংব অমস্তুং ধ্যান ধারণা তৌবগী মতুঙ্গা রাজনীতিগী দল অমদা মীচঙ চঙহনা নীতি তিমদবা কাণ্ডবুগা মরৈ য়েংবহনা মপ্রগা আন্দোলন তৌহনা মতম মাঙচল্লি। ভগ্নিরিবা ওয়া। অমস্তুং প্রোফেসারনচিংববু পেল পীহনা ভগ্নিকল্লিবা নৌকরি হায়না রাখল তৌবা ময়ম্না মপুক্লীংদা উশিংথোওইদে। সাইকল, মোটর সাইকল তৌংহনা লাইরিক তম্বা চংলি রাজনীতি শান্নবা নেতা কয়াগী রা লৌহনা মরূপমপাং শাগৈ-নাতৈবু চিংশিন্নুনা রাওনবা হোংবা অমস্তুং মরক মরক্তা স্কুল, কলেজগী অথোবিটি অমস্তু গভর্ণমেন্টকী বিরুদ্ধদা ষ্ট্রাইক তৌই। অধ্যাত্মিকী লাইরিক পাবা পূমথা থাদোক্লগা অতোপ্পা জাতিগী ইতিহাস, ধর্ম্ম অমস্তুং নীতি চানকা পুই। মমা মপা অমস্তুং মহাকী জাতিগী সংস্কৃতিবু করিস্তু নৈহনা থনবা। শিক্ষা দীক্ষা তিমদবদগী মথোয়না থরা তমলুরিবা অহনা অথোইবনি অমস্তুং অতৈনা অয়েম্বনি হায়বা রাখল অসি থাদোকপা ঙমদে। মথোয়না রাভাও খুদীংমক্তা অপ-টু-ডেট, মোডর্ণ সাইনটিফিক হায়বসি তত্তনা শীজীরে। অপ-টু-ডেট, মোডর্ণ হায়বসিবা মথোয়গী ধর্ম্মনি। মথোয়গী ধর্ম্ম অপ-টু-ডেট, সাইনটিফিক অসিদা আধ্যাত্মিক জগৎকা করি থেন্নবগে হায়বসি নীংখীনা উবা ফংদে। মথোয়গী মত তিমদবশিংবু অর্থোডোকস্ত্র ( Othrodox ) হায়না থোল্লি।

হৌজিক্কী মতমদা মচিন চৎলিবা মহাপুরুষশিংগী রাথলদা নোংচুপকী শিক্ষনা ভারতকী হানগী নীংথীজরবা অমস্তুং লুরবা

শাজং মাওহমম্মিবা অসি পোক্পা হোংনাদা থামত্রবগা চহি ২৫ রোমদি হেন্না চংগদি হায়না খল্লে। পৌজিক্কী মতমদা মপান ভাইবংদা চাওথংলিবসিঙ্ হিংহনা পানবা খুদোং চাদবমখৈ লৌশিল্লগা মমাঙৈদগীসু কত্তবমখৈ থাদোকপগা মথাই লপ্পী ওইনা হৌখিবমা বাখল ভোরগা তুংদা ওইরক্লদবা মাম্না চোক-শম্না লেল্লবদি ভারতকী ছাত্র-জগংনা পৃথিবী পুম্বক্কী ফিদম মক্ম ওইগদবনি মীগী মতৌ তম্বগা অদো নত্তে। "মীগী মতৌ তমথাক হঙোই মখিল তং স্তাং" হায়বা পারৌ অহ্ কাউফদে। তমগনি অকবা শক্ক মখৈ লৌথত্তনা অহ্নগা কত্তবা মথৈ থাদোকনি। "Imitation is limitation" মীগী মতৌ তমহনা সীমা অমা য়োরগা অহ্ম তোকদবা নত্তে। হোৎনবা মাইরিবা সংসারগী থোকচৎনি। মথোরবা মতৌ তম্নাংলিবা অমেরিকা অমস্থুং ইউরোপ মচাশিংনা হৌজিক ভারতকী মতৌ তম্বরকই। স্বামী বিবেকানন্দ অমস্থুং স্বামী শিবানন্দবচিংবা ভারতবাসীগী শিষ্য কয়া ইউরোপ অমস্থুং আমেরিকাদা লৈবশিং অসিন্থু কাউফদে।

— —

# পা-পীগী ঞীচিং

## ( পিতৃ মাতৃ শক্তি )

ভাইব্‌পান অসিদা লৈরিবা পোৎ খুদীংমক্তা অমগা অমগা মতীকু মগুণ, ময়াই তিন্নদবা মহৌশাগী ভোঙানবা শক্তি অনিথক লৈ। ফিদী লোন্দা ভাইবংপানবু দুনিয়া কৌই। মরমদি ভাইবংপান অসিদা চাউরাক্লা পোৎশা (জোবা) অনিবা শীন্নুবা লৈ। মতুদি ঃ—অমবা-অঙানবা, লাবা-অমোম, অহিংবা-অশাবা, অচৌবা-অপীকপনচিংবা। অমগা অমগা লাচৎ মামদবা শক্তি অনিবা শেম্বা ভাইবংপাননি। মথক্তা হায়খিবা পোৎ-পাশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা শক্তিদি লাবা অমম্নুং অমোমগী শক্তি অসিনি। লাবদা "পা" অমম্নু অমোমবা "পী" হায়না কৌই। লাবদা মরু ওইবা অকনবা থবক পাঙ-থোক্লবম্নু অমোমনা মশীং য়ামথংহনবা হায়বদি মচা পোকপা অমম্নুং য়োকপবা মথৌনি।

মীওইবগী মনুংদা অমোমবু হুপী কৌই। পুপীবু মঙবী লোন্দা লৈমম্নু কৌই। লৈমা কৌরবগী মরমদি ঃ— মালেম লৈমরেনগী শক্তিগী শরুক য়াকুবা মমমদগীনি। লৈপাক লৈমগী মরু ওইবা থবাক্ত মহাকী মথাদা মথল মথা অয়াম্বা মচা পোক্লগা য়ুচীঙাক ছন্দুনা য়োকপনি। মহৌশা হায়বা বাহৈ অসিমম্নু বাহৈ কাঙলোনগী মতুংইমা খুগাইহনা য়েংবদা ম=মথক্তনা,

হৌ=তৌরকক্লমা, শা=শাংলকপা, মথন্তনা হৌরক্লমা শাগং-লকই হায়রুনা মহৌশা কৌই। অসিগুম্না মহৌশাগী ওইবা শেমগং-শাগংলকপগী থবক অসি পাওথোকপা য়াননবা পা অমস্নুং পী অনিগী শক্তি অসি মহৌশাগী মরুওইবা থুংলায়রনি। পা না মপুং ফাহনবা, পী-না মশীং য়াম্বথোকহন্নবা মশাগী পীথোকপনা মরুওইবা মথৌনি। পা-বু করিগুম্না মতমদা অপোকপা অমস্নুং পী-বুনা অপোকপী হায়না খোল্লি। করিগুম্না মকমদস্থ পান্থোইবা অমস্নুং পান্থোইবীস্থ খোল্লি। মতৌ অস্থুম্না অতিয়া স্নুংশিং, মৈশা, চৈশিং অমস্নুং লৈপাক 'মচাক মন্তা অসিদা তাইব পান পুম্নমক্কী শেম্নবগী মরু ওইবা মচাক শী থুংনা লৈহ্নমস্থ মথক্কী পোং মরিবু মথাদা চিংশিন্দুনা মশাগী শরক্লা শক্লোন মথল মথা অয়াম্বা পুথোকপা চস্নদি লৈবাক লৈমা অসিনি। বিজ্ঞান্না লৈপাক লৈমদা মধ্যাকর্ষণ লৈ হায়না পুথোক্লিবা অসিনি। লৈপাক লৈমগী মশাদা থুপ্তুনা লৈব্লিবা শক্তি অসিবু পীগী শক্তি কৌই। পীগী শক্তি অসিনা মনাক মকপা মথক্কী মচাকশিং অসি চিংশিন্দুবা থম্নগা লোইবা মস্তে। লৈপাক লৈমনা মথা অমস্নুং নোংদোম অতিয়ানা মথক্কি হায়রুনা এথোয় থাইবা লৌমরি। মথক্তা লৈবা পাগী শক্তিবু মথাদা লৈবা পীগী শক্তিনা চিংশিল্লগা মহাক্কী গর্ভনা (মাওকমদা) চিংশিল্লগা অমুক মশীং য়ামথোকহল্লি। মুপীনা মথোং কাম্বকপা মতম অসি চহি ১৫/১৬ শুরক্লবা, নুহোংবা য়ামক্লবা মতমবু লৈশাবী কৌব্লিবসিগী মরম অমা লৈ। মহুদি লৈপাক লৈমনা নোংদোল

অতিয়াদগী পাগী শক্তি চিংশিল্লকপা ওয়বা শক্তি অহংগী শরক্রা মুপী অহংগী মশাদা মপুং ফানা ফাওরক্রবা মতম অহংদা লৈপাক লৈমগী পীগী শক্তিনা মহাক্কী মশাদা শাগৎক্রবী হায়রদি ফোঙদোক্লবী হায়রনি। অমত্তোমদা লৈপাক লৈমগী অমেঙবী অশেংবী, নীংথিজরবী অমসুং অখোংপীগী শক্লোন ওইরিবী শীঙেলবু লৈ হায়নম্ম খোল্লি। খোনসহূ। মুপীগী মশানা পীগী শক্তি অসিনা নীংথিনা লাক্লিবৈঙ মমাঙদা খোক্টদোক্লা ইকায় ইকৌ রাখল লৈরংদে। হেক ফোঙদোকরকপা মতমদগী ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী রাখলনা ইকায় ইকৌ মুপাবু হজোইবা রাখল ফেক্তা লাকই। মতম অসিদা মুপীগী পুক্সিগী বসন্তনি। মুংশি-মুংওলগী রাখল ঈথক-ঈছন য়াম্না কনবা মতমনি। পাগী শক্তিনা মীওইবগী হকচাংদা মপুং ফানা ফাওরকপনা চহি ২৪/২৫ গী মতমদনি। মতাং অসি য়োক্রিবৈঙম্ম মপা ওইবা ভম্বগী শক্তি ফাওরক্লেদি হায়রবু শরীরতত্ত্ব খঙবা পণ্ডিতশিংনা মপুং ফায় হায়না লৌনদে। পাগী শক্তি অসি মশাদা লাক্লুনা মহাক্কী ওম-তৈনবা লীচৎনা ভুংনকম ওইবী মতুং মযামবী অমবু পাম্বা খঙহক্লবা মতম অসিদ। পাখং কৌই। পা—পাগী শক্তি খঙ— খঙলকপা অমদি ফাওরক্লপা হায়বসি মতাং অসি পুক্নিগী অক্নবা ভাগাদি। মশাদা ফাওরক্লিবা মহৌশাদগী মমল য়াম্লবা শক্তি অসি মশাদা ফাওরক্লগা শীজীনকম খঙদনা শীজীনগ্রবদি উত্তা ঘী হৈজীনবগুম অয়েস্বদা মাঙহনা অহুম তোকদোরিবনি।

মতৌ অসুম্না মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তি অদি অসিনা পুন্সিগী মকোক ওইরিবা মীওইবগী মপোক অসিদা লাক্লিবা পা। অমসুং পীগী শক্তি অসিনা খাইদগী হেন্না মতম চঙবা খাইদগী হেন্না চোকশিন্না অমসুং খাইদগী হেল্লবা মচাক্না শেম-লকপনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অসিগুম্বা পা অমসুং পীগী শক্তি অসি মতৌ করম তৌনা লৈবগে অমসুং মতৌ করম তৌনা কোঙদোকপগে অমসুং থুগাইবগে হায়বা অসি মরমদা মতেক অমত্তংগা হায়জগে। শোং খুদোংমক্তা হৌরক-কম অমদি তুংনকম অমমম লৈ। পা পীগী শক্তিসু মতৌ অসুমতৌনা হৌরককম অমসুং তুংনকম লৈ। তুংনকম ওইববু অপুনবা অমসুং চোইনা তৌপ্না কোঙদোকপা অহনা ঈশিং ঈপাক্তগী কোজোম ওইরকপগুম মরমাই ওইরকই। মরমাই ওইরকপা মতম অসিদা অমম্বা বাখল অমদা ইরমাই বাখল খন্নকুমবা ইশাগী ভাক্তা ওইজবা থিরকই। ঈপাক্তা কোং-গোম্না ভাওখিবগুম মতম খরদি পাগী শক্তিনা সুপাদা অমসুং পীগী শক্তিনা সুপীদা উৎলন্নগা অনিমক্কী হৌরককম পা অমসুং পীদা থিনগদবনি। মরম অসিনা সুপা অমসুং সুপীগী অপাম নুংশি বাখল অসি পানথোইবা অমসুং পান-থোইবীগী শাইওন ভাক্তনি। প্রকৃতি অমসুং পুরুষকী লীলানি। মহাদেব অমসুং মহাদেবীগী অগোয়নি। য়োংচাবী মনাক্তা লৈবা য়োংশী, য়েত্তু মবু হেক্তা চিংশিননগুম পাগী শক্তিবু পীনা হেক্তা চিংশিনবা মহৌশাগী ওইবা হোংউ য়াত্রবা নীয়মনি।

মরম অসিনা পা অমসুং পীগী শক্তি অসি কোংদোক্লকপা মতমদা মশাদা লৈরিবা পা অমসুং পীগী শক্তিবু মশক য়ুম্না থঙজহনা শীজীন্নকম থঙবা শীজীন্নজবা ওমবরবদি পোকচবগী মহৈ য়াল্লবান। নত্তহনা পা অমসুং পীগী শক্তিবু থওইদনা মপাল তাইবংগী ঈপাক্তা তাওকরবদি হৈজিং ফাদনা নোংলৈ নুংশিংনা হুমহনা কেনবা হৈরাংগুম অমসুং পোল্লাইজদা থদংহনা মাওহনবা লৈয়াংগুম পুক্তি অরেম্বদা মাওহনা তোকই। চোকশিন্নু মুপাদা বীর্য্যগী মশক ওইনা পাগী শক্তিনা তুংচবা লৈ অহুগা মুপীদমা য়ুজগী মশক ওইনা তুংহনা লৈ। য়ুজগী তুংনকমদি চায়বা শঙনবগীদমক্তা মুপীগী মরাইবক্তা সিন্দুর অমসুং বীর্য্যগী মশক্তি থঙনবগীদমক্তা মুপাগী মরাইবক্তা চন্দনগী বিন্দু থিন্নরিবা হিন্দুগী কজববা থূদম্লি।

হৌজিক্তি পা অমসুং পীগী শক্তি অসি মতৌ কয়ম শীজীন্ন-সদগে হায়বগী ময়মদা অয়ূক থিজিনসি। পাগী শক্তি অসি শীজীন্নবা য়াবে হায়বসি মহৌশানা অহুম ইজিং তৌহনা তাক-লকই। মতাং অসিদা শীজীন্নদনা য়োক্তনা থম্নগা তাইবংপানগী পাগী শক্তি তুংশীন্নুম থম্বা ওয়বদি পাগী তুংনকম ওইবা পূম্নমক্তা হৌম্নকম ওইবা অমসুং তাইবংপানগী মপাগী শক্তি অহু মশাদা তুংদুনা মীথোই মীহেনবা ওমী। মত্রগা মতীক চাবা পোকপদা নীংবিজনা থোইরগা মতম চাবা মরু হন্নগা নীংথীজবা অমসুং মপুং কাবা পাম্বী ওইথগুম চহি মতাং চাবা পাগী শাক্তবু নীংথীজনা হকচাংদা য়োক্তনা থম্নগা হায়বদি

য়ামত্রবদা চহি ২৫/৩০ কাওবা ব্রহ্মচারী ওইহ্নুনা লেল্লগা ঐনা পীগী শক্তি নীংথীবা লৈরবী ইথানবী অমদা পাগী শক্তিবু শীজীন-নহ্নুনা ঐঙোন্দগী হেন্না মপা মউ ফবা অমসুং ঐঙোন্দগী হেন্না বুদ্ধি লৌশিং চঙথোকবা ইছৎ শিনবা কয়া তাইবঙপান অসিদা থনম্বা ঙমগনি। শীজীন্নত্রিতৈ মমাঙদা শক্তি অসি ইশাদা তপ্না ঈংনা কাহ্নুনা থম্বা য়ানবগীদমক্তা অশেংবা চিন্নাক অমসুং অশেংবা রাখল কয়া শীজীনবা তাই। মীওইবগী পূন্সিবা উপাল ওইহল্লগা রাখলনা উপালগী মহৈ ওইনবা মহৌশা লাইরেম্বীনা কোংনবি হায়বসি কাউফদে। রাখল মপুং ফারবা মী অহ্নুদি মী কৌবা য়াদে। মহাক অহ্নুদি অশেংবা তাইবঙপানগী মপা ওইরব। ঈশ্বরগী মশক্তি। মশক মওং নাইত্রবা ঈশ্বরনা তাইবংপানগী লীলা শামগে হায়রহ্নুনা মীওইবগী থম্মোয়দা রাখলগী মশক ওইহ্নুবা থুপ্তু্না লৈরিবনি। অশেংবা মপুং ফারবা, রাখলদগী পোক্লকপা মুংঙাইবদি হকচাং কয়াং থুদিংনা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা মুংঙাইবদগী শক্লক লিশিং লিশিং কেল্লি। অহ্নুগুম্বা অশেংবা মুংঙাইবহ্ন ফংগে নীংলবদি পাগী শক্তিবু য়োক্কুনা থম্লগা ফংবা ঙমগদৌ-রিবনি। অরেম্বদা শীজীনবগা মতাং চাবা ফংদহ্নুনা মকুদা চাহ্নুনা লেনবা তীল কাঙগুম অরেম্বা পুন্সি ওইগনি। মণগী মথোমদা কাককৈ. তীনকানা ফমা চীক্কুনম্ব মণগী মথোম চুপ্পা ঙমদে। অহ্নুগা মপ্পাওনা চুপ্পদি শঙ্গোম চুপ্পকপা ঙম্লকই। মতৌ অহ্নুগুম্বা মপানগী কুয়োমগী মুংঙাইবা অপেনবা থিরিবা মীশিংদো কাককৈগা পাংথকনি। মপ্পাওগুম মপীদা চঙম্বহ্নুনা

ঐখোয় খ্বাইগী হোৎরককম ঈশ্বরদা অমসুং ঈশ্বরগী অশেংবা য়াথং কায়রবদি থম্মোয়দা চিংনবা লৈতবা ঙাল্লিবা অমসুং কাম য়াওত্রবা বাখলগী মতেং লৌহনা পোকচমনগী অমৃত থক্লবা লাক্লগদবনি। অসুম ওইরমক পীগী লৌচিং অঙকপনি। লৌচিং অসিদগী লাম্মোক্লনা চংখিবা তাইবংপান অসিদা য়াম্না তাঙই। পাবা পীবু চিংশিল্লি, পীবা পাবু চিংশিল্লি। চিংশিন্নুনন্নু অশেংবা বাখলনা পিবা ঙমগনি। মরমদি মীওইবা হায়বসি বাখলগী মখা পোল্লিবনি। ইচানুপী অমসুং ইমাদা পীগী শক্তি লৈতবা নত্তে। ইচল ইচেদসু লৈরিবনি। অদুবু ইমা ইচাগী প্রেমনা কামগী বাখল মাঙহল্লি। অমসুং ঙক্লবা লৌচিং অদুবু কাম কৌই। কামবু প্রেমনা ঙম্বংপা ঙম্মো। লম্বোইবশিংনা নুপী খুদিংমকপু ইমা হায়না কৌনরিবা মরম অসিদগীনি।

নুপীনা নুপাবু পূক্লীং ইরায় লায়না ঙম্বংলিবসিগী মরম নুপাদা হংবদা নুপা অদুনা খূন্নকদি ফজবা, মীংথৌজবনা মহাকী পূক্লীং ঙম্বংলিবনি হায়না। অশেংবমক্তি ফজবা, নীংথীজবদনা ঙম্বংপা নত্তে। ফজবগীদমক থল্লুরবনি নুপানা নুপীদগী হেল্লি। মহুগী খূদমদি উচেকী মমুংদা বাহোং ফজরবা, নীংথীজরবা জৌবনি। অদুম ওইনমক বাহোং অথোমদগী বাহোং লাবনা শাওং-শাদা, মশক মতৌ পূমহেন হেল্লি। য়েনদসু অদুমতাই, য়েবোদগী য়েমাবা ফজবা হেল্লি। মথোঙ মরি পানবা শাদসু অদু মতাই। নোংশা অথোমদগী নোংশা লাবনা ফজবা মীংথীজবা য়াম্না হেল্লি। জীব খুদিংমক্তা য়েংবিদু লাবনা অথোমদগী ফজবা

য়াম্না হেল্লি। মরম অসিনা ঐথোয়না খঙজদহনা তৌরিবনি। মীওইবস্তু সুপানা সুপীদগী কন্নবা হেল্লি। অদুম ওইনমক সুপানা সুপীবু পামই। সুপানা সুপাবু পামদে। মরমদি সুপীদা পীগী শক্তি লৈ। পী অদুদি ইমাগী মশক্তি। ওয়াগা ইমাগী শক্তিনা ঐথোয়বু চিংশিল্লিবনি। ইপাগী বীর্য্যগা ইমাগী রজগা পূল্লগা ইমাগী গর্ভ মনুংদা ঐথোয়গী ইশা অসি শাবল্লিবনি। থা তংবা নাওপূরক্লিবী ইমাগী হকচাংদগী মচি ওইবা শক্তক মখৈ চুপ-শিন্দুনা চাবক্লগা ইশা অসি ওইরক্লিবনি। থা ওয়ানা লোইবা নত্তে। তাইবংপান ফাওরক্লবস্তু মহাক্কী খোম্লাং অমৃত থক্লুনা চহি কয়ামুক লেল্লক্লিবনি। অদুগুম্বী ইমাগী মশা চাহনা চাউরকই হায়বা খঙনবা মচাবু ম-মমা-চা=চাবকপা হায়না মীতৈরোন্দা কৌরিবনি। অদুগুম্বী সুংশববী ইমাগী পুক্সিগী হৌরককমদি মহৌশা লাইরেম্বীনি। মহৌশা লাইরেম্বীনা ইমাগীদু ইমানি। ইমা মহাক্কী অপুনবদগী তোওানবিবা সুপীগী মশক্তা তাইবংপান অসিদা সুপাগী সেবা তৌহনবা অওকপা লীলা শামল্লিবনি। অশেংবা রাখলনা মতৌ অদুম থন্দুনা সুপী থুদিংমকপু মহামায়াগী মশক্তি হায়না খুল্লম্বা ওম্লিবা সুপা অদু অশেংবা জ্ঞান কংলবনি। ইমা হায়বা রাটৈ অসি পুক্নীং থবাম শোক্লা কৌবদা নশাদা লৈবা অমংবা কামগী রাথল কয়ামুক মাওগনবনি। মমাবা মচাবু সুংশিবা তাইবংপান অসিদা পান্দমগদবা অমুক্তা মুমা থম্মু।

---

# পূকচেল ফাবা

মীওইবনা থৱায় পানবা পূম্নমক্কী মকোক্নি। মৱুমদি মীওইবগী মশাদা বাখল লৌশিংগী শক্তি মপুংফাবা কোঙদোকই। শা ডাদা অচুম অৱান মশক খঙনবা ঙাপল লৈতে। তৌইঙুম্মুং মহৌশানা লোইবজরক্লবা (Instinct) তি মীদস্পু শা ডাদম্ভু অহুম লৈবে। অহুম ওইনমক মীওইবনা মহুদগী হেনগৎপা ফজবা বাখল লৌশিং কোংদোকপা ঙম্মী। শা ডাদি মহৌশানা মশাদা ফাওরকপা অমম্মুং মপুক্লীংদা পল্লকপা ঈথক ইছনগী মতুংইন্না হেক্তা তৌখোরক্কই। মপুক লাম্নগা চাগদবগী হেক্তা হোংনরকপা, তুম্নীংলগা হেক্তা তুম্নকপা ইন্দ্রিগী মরাই কাবক্লগা ঈকাই ঈকী করিমতা ঙাওদনা মখীং থুংনবা থবক তৌরকই মথোয়গী মশাদা মশা মুংডাইনা লেনবা ঙম্নবা অমম্মুং মশা ডাকচবা ঙম্নবা শক্তিদি অহুম লৈজে। মচা মুংশিবা থঙই। মহুম শাই। য়েক্লবগা লান তৌনা অপাম্বা অশাওবা, অকিবা ওম্নৎপা, চাউজনীংবা, মীহৌবমচিংবা পূক্নিগী য়েক্লবা তক্লভু লাকশিনগে হায়বা ঙমদে। থোকউ থোকউবা থোদোকী মতুং ইন্না মবুক্তা লাকপগী মতুংইন্না থবক তৌরকই। মীওইবদি মহু পূম্নমক লাকশীন্দুনা মহুদগী হেন্না বাংবা বাখলনা মুংশিবা থৌজাল, অক-কত্ত বাখলগী মতেংনা মথক্কী য়েক্লবা তক্লক অসিমু লাকশীন্দুনা তাইবংপানগী কাম্নবা থবক তৌবা ঙম্মী।

শাগা ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা অচুম্বা লম্বীদা চঙশীনবা ওদ্রী। মবুকচেল কাবা ওমত্রবদি মীগী শাগা পাংথকনি। মীগী লমচংকা শাগা থেম্বিরিবসি মতাং অসিদনি। মবুকচেল কাবা ওমত্রবা মীগী শাক্তি নীংথিনা লাক্লিবা শগোলগা অন্নাথি তোংলিবা মীবু অতাওবা শগোলনা চিংথিংবা মায়কৈদা কোইচেন চেন্দুনা পূবগুম মপুক্লীং কাবা ওমত্রিবা মী অমবু মহাক্কী ইন্দ্রিয়গী মশক ওইরবা শগোলনা কোয়চিং চিংদুনা অরাবগী মশক ওইরবা নায়ক্তা থাদৈ। মরম অসিনা পূক্লীংনা স্বর্গনি, পূক্লীংদা নরক্কি পূক্লীংদা অকা-অপূন অমম্বুং পূক্লীংদা অয়াম খুভম অনীমক পুন্দুনা লৈ। মায়া সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবা ঐথোয়গী পূক্লীংনি। হিনাও শাবা বৈত্রবদি ঈথক ঈবৈ কয়াদা লয়দুনা মমায় চুম্বা ওমদনাটৈ লয়য়গা কাইথংদা হিরাক্লদুনা অয়েম্বদা মাঙগদৌরিবনি। মুংশিং থোংলৈনা কোইলয় লয় কোইতাও তাউদুনা চংথিগদবগী বাথলনা হিনাও শাদুনা পন্থ্ংকম য়ৌনা হোয়বা হোংনবনা ঐথোয়গী ইথৌদাংনি। মরম অদুনা মণাবু মশাধা হোংনজদুনা চাওথংপা পাম্নিবা মীনা পূকচেল কাবা হায়া তমহৌবা তাই। হকচাংগী পাঙ্গল লৈয়গনা মীওইবা নত্তে। পুক্লীংগী থৌনাম্ঙ মতীক চানা থবদবা য়াদে। মপাঙ্গল কনবা মশা চাউবা শামু অদু মীওইবনা ইয়াই লায়না শীজীনম্নি। শায়দা মহুতনা কাতি থাদুনা থৌরঙম মপাঙ্গল কনবা লাকপম কাওথত্রবা পুক্লীংদু বাথলনা কাতি ওইদুনা থৌনা তাই। পুক্লীং-তবু খুদমচনবা ওয়বদি পুম্নমক অনা তৌনা ওয়লবনি হায়বা

পাউরো লৈ। মিৎ, নাকোং, নাতোন, উনশা অমস্তুং লৈয়েং-মচিংবা জ্ঞান ইন্দ্রি মঙা অসিনা না ভাওনবা ইন্দ্রি খোঙ, খুৎ ঊশিংখোঙ অমস্তুং অমাংখোঙনচিংবা থবক তৌনরিবা ইন্দ্রিশিং অসিদগী অমুক হেন্না কুপশীনবা অমস্তুং লুবা হেল্লি। মথন্তা পনখ্রিবা ইন্দ্রি তরা অসিদগী অমুক পুক্নীং হায়বা মশক উদবা ইন্দ্রি অসিনা অমুকা হেন্না কুপশীনবা অমসুং শক্তি লৈবা হেল্লি। পুক্নীংদা ইন্দ্রি পুম্নমকী শক্তি পুম্নমক তুংহন্না লৈরিবনি। খোয়রী মতোন অমদা থৈবুন অমা কিরগা উরু উরু লৈবদা থৈবিগী কোঙ্গোন অমা খোকপগুম পুক্নীংগী মশক মঙাম্না ইন্দ্রিশিংদা কোইচঙ চঙহন্না লৈরিবনি। ইন্দ্রিয়শিং অসিনা তৌরিবা পুম্নমক পুক্নীংনা লোইনমক তৌবা ওম্মী। পুক্নীং য়াওত্রবদি মথোয়না তৌরিবা পুম্নমক কন্নমতা তৌদে হায়বা য়াই। খুদমগী মশক ওইনা মতোম্দা কনাগুম্বা অমনা ভাওবা ম। ভারিবৈদা মহাক্কী পুক্নীংদা নারী অহুম মরী লৈননবা য়াথল অমা থল্লকপদা নমাঙদা মীনা ভাঙলিবহ্ কন্নমতা লোশিন্না ওম্মোই। মতৌ অসুম্না ইন্দ্রি পুম্নমক্না তৌরিবা থবক খুদীংমক্তা পুক্নীং হায়বসিনা য়াওত্রবদা কন্নমতা তৌদে। পুক্নীংদি পুম্নমক তৌবা ওম্মী হায়বগী খুদম্না, নংবা ভুমহন্না কমুংদা লৈরগা নমগুদা উরিবা, তারিবা, থঙলিবা শোক্লিবা অমসুং চায়ীবা পুম্নমক পুক্নীংতনা তৌরিবনি। পুক্নীং মথন্তনা মনীং মথা তৌনা থবক তৌরিবহ্ বুদ্ধি (লৌশিং) গী মতেং লৌরিবনি। বুদ্ধিনা অমুক হরায়বগী মতেং হথং মথং লৌরিবনি। অশেংবমক্তি

পুক্নীংদি থবায়গী খুংলায়নি। প্রাইভেট সেক্রেটারীওন্নি। য়ায়া চোকশিন্না মথন্তা শাসন কন্না পীশিল্লবদি লম হেংহেন হেনবা ওয়োই। পুক্নীংদা অশেংবা জ্ঞান লৈতে। মোংবা মংদা ইকলুরগা মোন্তা মৈগী অশাবা চঞ্চলকপগুম বুদ্ধি অমম্তুং থব্রায়দগী লৌশিং পুজরকপনি। ইন্দ্রিশিং অসি লাম্নীনি, অদুগা পুক্নীংনা সেনাপতিনি। সেনাপতিগী মশক ওইরবা পুক্নীংবু থুহ্নম চনবা ওয়বদি মহাক্কী মথাদা থবক তৌরবা ওম্‌লিবা ইন্দ্রিশিংসু ইবাই ল্যানা থুহ্নম চনবা মশাবা তাগবনি। অবাববা অমম্তুং ওক্লবা থবক তৌরবদি পুক্নীংনি। পুক্নীংদা তৌরিবা থবক খুদোংমক বুদ্ধিনা কৈ কত্তে হায়বা লেপ্পা ওম্মী। বুদ্ধিগী মথক্তা অমুক অশেংবা জ্ঞান (চেতনা) না সাক্ষী ওইরিবনি। লোইশঙ অমগী মকোক ওইরিবা শঙ্গাকপা (অফিসার) অদুনা মথাদা লৈরিবা থবক তৌবশিংবু য়ায়া চোকশিন্না মিংয়েং চঙলবদি লমহেনবা ওম্মদবগুম ঐখোয়গী থম্মোয়দা ফাওরকপা অশেংবা জ্ঞানগী পাম্বৈনা পুক্নীংনচিংবা ইন্দ্রিশিংবু চোকশিন্না মিংয়েং চঙলবদি কন্নিমত্তা লম হেনবা ওম্‌লোই। ইন্দ্রি পুন্নমক্কী শক্তিসু চাউবা অমম্তুং লমহু হেনবদি পুক্নীংনি। অদু ওইরবদি পুক্নীং হায়বসি কন্নিদো হায়বদু খিজিনসি।

পুক্নীং=পুক+নীং। পুক—হকচাং মনুংদা মশক উবা ফংদনা লৈবা অকুপ্পা বাথলগী মশক ওইবা শক্তিবু পুক হায়না থম্মৈ। নীং—নীংবা ওম্‌লিবা পাজলবু থঙৌ। হকচাং মনুংদা থুপ্ত্না লৈরদা নাংবা ওম্‌লিবা ওন্নবা শক্তিগী মপৈ অদুবু পুক্নীং কৌই।

মপাল থোংদগী ইন্দ্রিয়শিংনা পুশিল্লক্লিবা বাখল কয়ামুক মহাক্কা ভোগে নীংলবদি হেক্তা ইয়াই লায়বা ভোবা ঙম্মী। মহাক্কা হায়া থঙলগা কোয়া থোপ্তা হুকুম পীরগা ইন্দ্রিয়শিংনা অমুক থবক অহু পাঙথোক্লিবনি। ভোগদোরিবা থবকশিং অহু মথক্তা লৈরিবা অচৌবশিংবু করিমত্তা ভায়রমদবা ভোবা ঙম্বা শক্তি লৈ। মহাক্কা ভোগদোক্লিবা অয়াবা কয়া ভোয়বা ভোহ্না হৈনগ্রবদি মীওইবগী য়েক্কবগী মশক ওইরবা ফত্তবা শাজং ওইরকই। পুক্কীংদি মহৌশাবা তুরেলগী ঈচেলনা অনেম্বা মায়কৈদা চেহ্‌বত্তুম অত্তোনবা থবক্তা ভোগে থোরাংই। মীওইবদি মাবা মাবা মীংলিবা বাখল কয়া চুমথোকদবা মকমদি পুক্কীংদনি। পুক্কীংনা অয়াবা হেক ভৌমীংঙকপা থবক খুদিংমক বাখলগী মতুং ইনবনি। অশেংবা বাখলনা পুক্কীংবু কয়া বায়ক্রগা অয়োংপা ঈশিংদা ফিটকিরি থাদরগা অযোংপা মথৈ মথাদা কমথিবত্তুম অশেংবা বাখল কয়া খজিল্লগা পুক্কীংগী অযোংপা কয়াহ্ লুয়কই। মীওইবগী পুকচেল অাসি যোগ শাস্ত্রগী মতুংইন্না ফিভম মঙাথক লৈ।

মহুদি :—

(১) ইথক থকপা—ইশানা নীংজবগী মতুং ইন্না থবক ভোবা ঙমজদবা।

(২) ইঙক ঙকপা—কয়িঙঙবা হিয়ম অমদা ঙম্মংথিহ্না ভোগদবা মথৈ ইকাউ কাউবা।

(৩) ইপোম নাইবা—ঙাইহাক অমুক ইথক থকংল্লবা ঙাইহাক অমুক হেক ঙৈংথরকপা।

(৪) চনীং তাবা—পুক্নীং কাজিন্নরুনা ইচোই চোইখ্রিবা পুক্নীংগী মশেক ময়াম অহু তপচিন্নরুনা পুনশিন্নগা বাখল অমত্তা ওইনা থন্নকপা ঙম্বা।

(৫) থোয়নঙবা—পুক্নীংবু ঈথক ইহুল অমত্তা লৈহন্দনা পুক্নীংবু ফিভম অমত্তা হোংহন্দনা থম্বা।

মচা অসিগী মশুংদা নং ৪ অমসুং ৫ তুবা অসিদি য়াম্না চোকশিন্না হোংনরক্লগা য়ৌরকপা ঙম্মকই। অয়াম্বা মীদি মথক্তী অহানবা. অনিতুবা অমসুং অহুমতুবগী ফিভম অসিদা লৈবা ঙাক্তনি। অকোনবগী ফিভম অনি অসি য়ৌরক্লবা মীহুগী বাখল ঈথক ঈপোম নাইত্রবা লুরবা পুন্সিগী ঈপাক্তা পুর্ণিমাগী থানা মনি তাবগুম আত্মা-জ্ঞান ( অশেংবা বাখল ) না তক্ল তক্ল তাহুনা লৈ। ময়ুম অহুনা ঈংথনা অক্ল অক্লবা বাখল অহু কাওহনবা ঙম্মী। পুক্নীংগী ফিভম মচা অসি নত্তবা পুক্নীংগী ঈথক ঈহুনগী মসুং চনবা মীওইবগী য়েক্লবা কয়ামুক লৈরি। মথোয়হুগী মমিংদি অপায়া, অশাওবা, মীহোৎবা, তম্মংপ', ময়াই কাবা, চাউখ্রমীংবা, চাং যাইদবা, থোয়মাঙবা, পুকচেল থোরবা অমসুং য়ায়েম ঙাওবচিংবা। য়ামায়ণদা সতী সীতাবু মকোক তম্লা পানবা য়াবনা নমহুনা কাহুনা পুথিবগুর থবায়গী লোয়নবী পুক্নীং সীতাবু মথকী য়েক্লবা তরাসিন্না কাহুনা মপান তাইবংগী ঈরাংদা নমহুনা লুপহল্লি। য়াব কায়নবগী বৈচাক্লা য়ারবা সীতাদা তেংথাবগুম শাস্তি কায়দয়বা পুক্নীংনা মপান তাইবংগী ঈথক

ইরাঙদা করিমত্তা পেনবা ঙমদে। মতম চুপ্লদা পোখাবা ফংদে। খোঙা লৈরবা রামচন্দ্রনা য়োং তেঙ্গোল পূরক্লগা সমুদ্রদা খোং শারগা মকোক তরা পানবা রাবণবু হাত্তুনা সীতাবু কনবগুম অশেংবা শাস্ত্রগী মশক ওইরবা আত্মা-জ্ঞানা মীনদা পূক্লৌংগী য়েক্লবা বৃত্তি ভয়াবু জয় তৌহনা অরাবদা তাকরবা পূক্লৌং সীতাবু অমুক হন্না শান্তি ফংহল্লি। তৌইঙম্মুং লমহেনবা হিংচাবগী মশক ওইরবা পূক্লৌংগী য়েক্লবশিং অসি খুহম চনবা অরায়বা থবক্তি নত্তে। মুংশিংপু কাজীন্দুনা থমদা রাবণম পূক্লৌংসু ফাজীনবা রায়, তৌইঙম্মুং ওইজবা থাদোকপা অমম্মুং হন্না হন্না ঔরাইবনা কাজীনবা ঙম্মকই।

---

## অপায়া

পুক্লৌংগী য়েক্লবশিংগী মমুংদা থ্বাইদগী হেন্না লাকন শাথিবদি অপায়নি। অপায়বু সংস্কৃত লোন্দা "কাম" কৌই। অপায়বু অয়াবনা মীনা শেরামনা মুংশিবা হায়নমু থোক্লি। অপায়গা মুংশিবগা আকাশ পাতাল খেন্নবগুম খেনৈ। ইশাগী ওইজবা য়াওরবা, ইন্দ্রিশিংগী মুংঙাইবা থিত্রবা মতমদা মুনা মীংকম থোক্লুনা মীংথবা অহুগী মমিং মুংশিবা (প্রেম) কৌই। মুংশিবদি

থবাহ্নদগী চৌহ্নকপনি, পুক্নীংগী মথা পোন্দে। অদুগা অপাম্বদি পুক্নীংদগী পোকপনি। অপাম্বগী হৌরককমদি রাথলদগীনি। রাথলগী মতুংইন্না ইন্দ্রি পুম্নমক অসিঙ্গু মুংচাইবগী মহাও অদু লৌশীন্নী। অহানবদা ইন্দ্রিয়শিংগী মুংচাইনবা হিরম (বিষয়) মরাম থজিল্লবদগী পুক্নীংদা অপাম্বা পোক্লকই। অপাম্বা পোৎ অদু ফংনবা কন্না হোৎনরকপদা অকায়বা লাক্লগা ফংত্রগা শাউরকই। শাউরবা মতম অদুদা পুক্নীং অসি ইঙক চক্লকই। চক্লবগী তুংদা কাউরকই। কাউবগা লৌশিং মাংলকই। লৌশিংবু মাংলবা মী অদুদি পুম্নাও মাংলবনি (গীতা)। মথক্তগী তাকচল্লে মদুদি—মীওইবা হায়বসি মহাক মহাক্না নীংলুবিবা রাথল অদুগী মতুং ইনবনি। রাথল তক্ক তক্ক থম্বা ওমলক্তবা মতমদা পুক্নীং-মচিংবা ইন্দ্রি পুম্নমকশু ফিভম য়ায়্না থিনা কায়থরকই। মরম অদুনা অপাম্বু খুদুম চনগে হায়রবদি রাথল অসি তক্ক তক্ক থমগদবনি। পোৎশক অমত্তদা রাথল তিন্নদবদগী মীংয়েংশু তোঙান তোঙানি। খুদমগী মখক ওইনা লঙ্কাংদা মীংথিজরবী মথোৎ কারক্লবী লৈশাবী অমা লেপ্পুবা লৈবা উরগা পাথং অমনা ইথঙ থঙহৌদনা মপুক্নীংদা অপাম মুংশিগী ঈথক হৌরকখি। অদুগা লৈশাবীদো কৈ লাবা অমগী মমিত্তদি য়ায়্না হাওরমগদবা চীঙাক অমা ওইনা উগনি অদুগা শজিগুম্বা কিগনবা শা অমমা লৈশাবী অদুবু উরগা থংহুনা য়ায়্না লাপ্না চেনখিখি। হম্বী অমমা উরগা মঙ-মচাগুম্না মুংশিবা পোকখি। মবুকচেল কাবা চমথ্রবা লোগী অমগী মমিত্তনা নীংথিজরবী অমম্নুং থুগী অদুবু

প্রকৃতি ( মহৌশা লাইবেম্বী ) গী বাখল পোক্লকৃমা মহাক্কী থম্মোয়দা ঈশ্বরগী প্রেমগী ইথক হৌরকনি । পুক্লৌংগী অপাম্বনা অশেংবা বাখলবু মৈথুনা মৈবু কুপ্তুনা থম্বগুম কুপশীন্দুমা লৈ অপাম্ববু খুদুম চনব ওম্লবদি অশেংবা জ্ঞান অহু মথন্তা নুমিৎনা আকাশতা মোং লৈত্রবা মতমদা তাল্লকপগুম তান্থোকচরকই । অসিগুম্বা লাকচম ফাওমত্রবা অপাম্বা অসি পুক্লৌংদা থুপ্তুনা লৈবা থ্বাইদগী হেম্না তমখিরবা য়েক্লবনি । অপাম্ববু মাওগ্রবদি মথাগী অতৈ হায়বদি অশাউবা, মীৎহৌবা কল্লকপা, চাউক্রখৌংবা ওঋংপনচিংবা পুম্নমক মরু ফুকগ্রবা উপালগুম মথং মথং মাও-জরকই । সংসারদা অসি য়োমা থৎন-চৈনবিবা অমম্মুং লাজাও থোক্লিবা পুম্নমক অসিগী হৌরককমদি অপাম্বদগী হৌরকপা ওাক্তনি । অপাম্বা পুম্নমক্তগী মী থুদৌংমক্কী থম্মোয়দা চেমগদবা অপাম্বদি নুপানা নুপীবু পাম্বা অমম্মুং নুপীনা নুপাবু পাম্বা অনিগুবদা সনা লুপামচিংবা লম, অহুমগুবদা মিংচৎ অসিমা মকোক্লি । তৌইগুম্বম্মুং ধর্ম্মগা হায়বনি অশেংবা বাখলগা মরী লৈনবা অপাম্বদি মীওইবগী য়েক্লবা নত্তে । তৌফম থোকপা ইথৌগী মম্নুং চমবনি । —(গীতা) ।

লূহোংত্রিবা পাথং অমগী পুক্লৌংদা নুপী অমগী বাখলনা খুদুম চমগ্রগা অয়াম্বা মতমদা পোথাফম থগদে । মীওইবগী মুংঙাইবা হায়বহু নুপী নুপা অ;নিগী মরক্তা লৈরিবা অপাম মুংশিগী বাখল অসিতনি হায়বা থল্লি । অশেংবমক্তি ইন্দ্রিগা মরী লৈমবা অসিদি অশেংবা মুংঙাইবদি নত্তে । মুংঙাইবসি

চাউরাক্লা মথল অছুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মতুদি :—
অহানবদদি য়াম্না য়ারম্লগা মথৈদা অমুতওম্না থম্মোয়দা অপেনবা
পোক্লকপা অশেংবা জান্দগী পোকপা সুংঙাইবা অমা। অনি-
শুবদা অহানবদদি অমুত্তগী মশক্লুম্না সুংঙাইবগী মশক ওইরম্লগা
মথৈদা হু ওম্লকপা অমা। খুদমগী মশক ওইন পাখং অমনা
সুপী অমগী বাখলনা মচা হবু যংলবদ লোইরে খঙ্লহনা লৌক্লবগা
মচা মগু পোক্লনা অমম্ভং মাবক যেক্লক্লনা মশাদা য়াম্না বাই-
চিনবা পোকশিল্লকপগী অর সুংঙাই অমি য়ামবা অমা। অমনা
অহৌবদগী অবোইবা কাওবা মপূক্লৌং অমম্ভং বাখল অচু ইপঙ
পঙখনা অচুম - অয়ান মশক করিমত্তা খঙদনা লৈবা অমা।
খুদমগী মশক ওইনা যু, কানি, গঞ্জানচিংবা থক্লনা মশাবু অমম্বা
সংসার অমদা পুশিন্দুনা ইপঙ পঙখৎনবগী সুংঙাইবা। হায়রিবা
অছুম অসিমক সুংঙাইবা পুম্নমক্তৌ তুংনকম্নি। সুপীগী বাখলদা
সুংঙাইরিবা অসিগী মচুংদা করি সুংঙাইবা লৈবগে হায়বসি
খিজিনসি। ঐখোয়না মতম চুপ্পদা হকচাং অসি ঐখোয়মক্তি
হায়না লোই। অশেংবমক্তি হকচাংদি ঐখোয় নত্তে। হকচাংগী
মরম মুম্না খঙলবা পণ্ডিতশিংনা মতৌ অম্নুম লেপ্পী। মীওইবগী
বাখল অসি খোপ্তা খুপ্তুন লৈ খোপ্তগী বাখলগী ঊচেম্না
শিংলিদা লাক্লনা হকচাং পুম্নমক্তা শীনথুংবা লৈ। তোইগুবম্ভং
মকু মকুওইবা ইন্দ্রিশিংদা খোইদোক হেন্দোক্লা বাখলগী ঊচেল
পুবা শিংলি তোঙান তোঙাম্না মথৌ অমমম পাঙখোক্লনা
লৈ। তাবা, শোকপা উবা, মমব লৌবা অমম্ভং মনম থঙলিবা

পুম্নমক শীংলিগী মতেংনা ওইবা চাক্তনি। শিংলি অসি চাউরাক্লা অনিথোক্লা হকচাংদা লৈ। অমনা মপানগী পোত্তগী লৌশিন-লকপা জ্ঞান অহু থোপ তাম্না পুরকপা অমা। কাওবু অমনা পূক্নীংনা থোপ্তা থোদারগা থোপ্তা রাথল অহু শিংলিশিংদা লাক্তুনা ইন্দ্রিশিংনা থবক পাঙথোকহল্লকপা অমা। অনি অসিদা অরা অমা ফাওরকপগী মতুংইন্না রাথলদা মীওইবগী অরা অমা মচিংবা থঙবা ঙমলিবনি। অহুবদি মপাম্বোংগী অরা অমা লৈরিবা পুম্নমক অসি শিংলিগী ফিভম ঙাক্তনি হায়বদা করিসু লানফম লৈতে। মীওইনগী পুক্নিংদা রাথল হায়বসিনা খ্বাইদগী মকোক্নি। রাথলদগী কংবা সুংঙাইবহু অশেংবা সুংঙাইবনি। অতৈদি অরেম্বা সুংঙাইবা ঙাক্তনি। মহাত্মা গান্ধীজীনা হায়রম্বী —"হকচাং অসি ঈশ্বরগী মন্দিরনি।" মন্দিরনি হায়বা রাথল অসি থজবা চম্নবদি পূক্নিংদা শান্তি কংবা ঙমগনি। নত্তহুনা কাম ভোগ তৌবফম্নি হায়না থল্লুবনাদি করিসু সুংঙাইফম লৈ তে ঐ শব্দ, শাদোং, থী, মুংগী তুংনফম্নি হায়বদা করি চিংনফম লৈবগে? হকচাংদগী থোরকপা থী, মুং, ছমাং অসি থজিল্লুরবদি ওন্নীংবা পোকই। হোম্দোক হোজিন তৌরিবা খর অসিমক ফাওবা তুকচকমগী মশক্তি। মীওইবনা য়াম্না রানা হোৎনরগা অমোং অকায়গী মশক ওইরবা হকচাং অসিদগী মুক্তি কংবা ঙম্মী। হকচাং অসিগীদমক্তা ফত্তবা লমৎচ, হুরানবা, চিন্থিবা, ওকবা থবক কয়া কয়া তৌরিবদো মুম্না থজিল্লুরবদি থরায়গী করিগুম্বা কামধা তৌরবনি। হকচাং অসিবু ঐথোয়মক্তি হায়না

লৌবা য়াদে। ঐখোয়মক নত্রগা ঐগীমক ওইরবদি শাররক্নু অমস্তুং অহল ওইশিল্লকপু হায়বা য়াগদবনি।

হিন্দুগী শাস্ত্র, খৃষ্টানগী বাইবল অমস্তুং মুসলমানগী কোরাণ-মচিংবা লাইরিক্তা মীওইবগী হকচাং অসি থরায়গী য়ুম্নি ভাবনা ভাক্লিবনি। মী অহুমা মপাদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি কাউংগোঙনা অমাংবা রাখলগী মথা পোন্দুনা ইন্দ্রি লাকশিনবা ভমত্রবদি মহাক্কী থম্মোয়দা শৈয়তান চোংশিন্দুনা অরেম্বদা মপূক্নি মাঙহল্লি। নখোয় খুদিংমক বুদ্ধদেবগী বারী খঙলিগনি। মহাক্কী মখিক্তা নুপীগী কজবা পূম্নমক রাখলগী মৈবা চাকথেকখিদুনা ইরাই লায়বা সংসার থাদোকপা ভমখিবনি। তুলসীদাসকী পুক্নিগী বারীদা মহাক্ক অহানবগী কবিতা ইরকপদা মতুগী কজবা শকওং উরগা "দিন-রাত চমককে মেরে চাঁদনী"— আকাশকী থাদি অহিংতদ ভাল্লি ঐগী থম্মোয়গী থাদি অহিং নুংথিল অনিমক্তা ভাল্লি হায়না মৌহ্না ইরম্মী। মৈদা অশেংবা জ্ঞানা ভাল্লকবা মতমদা মীনম্বা কলগ্নাগী শকওং অহু পূমকায় কায়রম্মী। "দিনমে মোহিনী রাতমে বাঘিনী, পলক পলক লহু চোষে। দুনিয়া সব বাউরা হোকে ঘর ঘর বাঘিনী পোষে।" অমুক নুংথিন্দা নম্ফংনবগী ম্রশক ওইখী; অহিংদনা কৈ অথোম ওইখী মীকুপ খুদিংদা ঈ চুশী। মী খুদিংমক্তা ভাওয়ন্না য়ুম য়ুম খুদিংদা কৈ নিংভোল য়োকই। কজবা নুপী অমা উত্না মপুক্নীংদা ঈথক ইরাং হৌরক্লগা পামশিনবা পোক্তনবা অম্নয়া মথন্তা হায়জরম্মী :—"জৈসে পুতলী কাঠকো পুতলী নাসময় নারী"।

খঙ্জি নাম্নী মল মূত্রশয় থম্রিত শিশিঙ-ঙাপ্রি। উনা শাবওবা লাইকদিবা, শাদোং, শক্ল, শিংলি, খী, মুং, ঙাল কাওনা থম্লবা ভূকচলকম ওইরবা মপাম্শ শককয়া বাখল লৈতথা মীশিংবু ওঙ্কাওনা থগী।

মথক্তম্ হায়রক্ত্রে। বাখলনা থাইদগী মকোক্তি, বাখলগী মতুংইন্না ইন্দ্রিয়শিং অসিন্ মরাই কায়কই। ইন্দ্রিয়শিং অসি মরাই কাকপোই হায়রবদি ইকাম হানবদা চেকশিনগদবদি চীঙাক্তি। লৈশদবু থূজ্ঞ চনবা ভম্লবদি পূম্নমক থূজ্ঞ চম্লবনি। চীঙাকা পূক্লংগা থাইদগী হেন্না মরী লৈনৈ। চীঙাকী বাদি মতাং চানা মথৈদা ইজয়কে। অবিস্নুবদা হকচাংগী বিকার পোক্তনবা হোৎনবা হায়বদি বীর্য্যগী লম্বেল ওইবা ঔশিং থোঙ অসি ফিভম হোংদনা থম্নগা উপায় খী জনবা। অহুমশুবদা মতম চুম্লদা কৌপিন ( লেংভোটা ) শাজীরবা। মরিওবদা ভূম্নমদাইদা ঔশিং অজৈংবমা মায় তাথোকপা অমম্ভুং ঔশিং থোঙ অসি ঔংহনবা মঙাওবদা পূক্লোংদা অকাম্বা অমম্ভুং অথোৎপা বাখল চঙলকপা ভমদনবগীদমক্তা ইমা মক্লগা শুক্লমচিংবা ইশাদা মহাক্তী ফিদর লৌবা ভম্বা অমগী মশক লাকশিন্দুনা মওোন্দা লৈথা খী থিজবা শাজং পূকচেল-থোইজেনশিং অহু ধ্যান তৌবা। তরুকওবদা মতম চুম্লদা থথক চিন্দুনবা লৈনবা হোৎনবা। তরেৎওবদা পূক্লোং থরাব শোক্লা ঈশ্বরদা ব্রহ্মচারী ওইবা ভমহনবীয়ু হায়না অয়ুক মুংদাংবাই ১ম্নুং ভূম্নমদাই খুদিংদা থুকমখবা নিপালওবদা

মতম কয়া গীতা, মহাভারত, রামায়ণচিংবা ধর্মগী লাইরিক চাং য়াইনা পাবা।

য়তম চুপ্পদা কাউরোহইদবা :—

(১) ব্রহ্মচর্য্য ভাক্পুনা পুন্সি অসিদা ভম্বথৈ শক্তি পুম্নমক্ ভাবশিনগনি।

(২) কৈদৌঙৈদম্ক্ কামনা য়ায়থীবা পীথরোই। য়ূপা-থোক্পা পুন্সিগী য়েক্পা, অপাঙ্গা জয় তৌনবা ঙমগদবনি।

(৩) বীর্য্যগী শক্তি মপুং ফাহনগা পুক্নীং হকচাং অমম্বং য়াথল চাওখংহনগনি অমম্বং তুংগী পুন্সিগী শরূক তথায় য়ারগ-দৌবী অহুগীদমক্তা অমদি ঐতোন্দগী হেন্না থৌনাফবা, মরিল লৈবা, বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা ইচা পোক্পগীদমক্তা বার্ত নীংথিনা য়োকদবনি।

(৪) মতমগী অরেপ্পা লৈতে। ঙসি য়ুংঙাইখিবক্না মতম চুপ্পদা য়ুংঙাইহনা লৈয়ু হায়বা য়াদে। তুংদা হেন্না বায়কই। থিগদবদি অরেপ্পা য়ুংঙাইবনি।

(৫) ঐখোয়বু শেম্নীরকপা ঈশ্বরগী য়াথংদি মচাকী সৃষ্টি অসি চাওখংনবা হোৎনবনি। ইশাগীক্ মহু পাঙখোক্পগ হোৎ-নবদা শরূক লৈ। মহু পাঙখোক্পা হোৎনবদা হায়বদি পুম্নমকী সেবা তৌরগনা ঐগী অথোইবা ইথৌনি।

(৬) শোয়দনা নোংমদি শিগনি। শিজিনৈদনা ইশক খঙনবনা (আত্মা জ্ঞান—Self realisation) ফংনবা হোৎ-নবনা পুন্সিগী মরু ওইবা থবক্তি (উদ্দেশ্যনি)।

(৭) নুমিৎ খুদিংগী ইশা চাওখৎনবা করি হোৎনগদগে হায়রবা য়েংশিনবনা চাবা ভূমদগী হেন্না কায়বা মাত্রবা ইথৌনি।

(৮) শিখিবা কয়া মাওত্রে, পোক্লকপা কয়াম্ মাওগ্রি। শিবা অমম্তুং পোকপগীদমক্তা কনানা কনাগীদমক কয়া কুইনা হায়রিবগে? "ইথক্তনা ইথক্তগী মরূপনি। ইথক্তবা ইথক্তগী য়েক্লবনি। ইশানা ইন্দ্রিশিংবু জয় তৌবা ওম্লগা মরূপনি। ওমত্রগা ইশানা ইশাগী য়েক্লবনি।"

---

# অশাওবা

অপাম্বা পোৎ তানবা কংত্রগা মত্রগা লৈরম্বদগী কায়দবগা অশাওবা পোক্লকই। অশাওবগা মাম্বা মীওইবগী অতৈ য়েক্লবা লৈতে। শাওরক্লগা বাখল লৌশিং পুম্নমক মাঙলকই। তৌহৈ-তৌহৈদবা থবক কয়া থওহৌদনা তৌথোক্লকই। শাওম্না লমচৎ শাজৎ কায়থরকই। শাউগৎলক্লিবা মী অমগী মায়থোং য়েংলগা পুক্নীংদা থওহৌদনা নুংঙাইতবা অমা পোকহল্লি। শাউরকপা মতমদ: বিন্তা জঁ কাবকপনা ইঙাও ঙাওই। চীকখাব চোংলকই। খয় কুইনা কুইনা হোল্লকই। মাতোন চাউথোক্লকই। থম্মোয়গী মিহুন থং-থং লাউনা হল্লকই। হকচাং থক-থক মিক্লকই। ইশাগী অমম্তুং অতোপ্পগী করি মাঙগদগে হায়বা বাখল অচু পুম্নকাউ কাউশিল্লকই।

লায়য়েংবগী মরমদা য়াম্না থিজিন্নবা লোংপোক অমদুং লোঃচুপকী পণ্ডিতশিংনা থোক্লেল অমত্তা ওইনা হায়রি, মহুদি :—শারৈহৌবা থংচাওবা, বাহ্‌বা, নাত্তোপ্পগী অমসুং থবাক্কী ঈ হাথবা, ঈ ওবা, মঙ্ঙাক্লবনচিংবা লায়য়েংবদা বারবা লায়বাশিং অসি শাউগনবা মীদা পক্লকই। শিংলি শোয়বা, মশা চোকথবা, পুন্সি ভেনবা মাঙনবগী মশক ওইবা লায়না কয়া শাউরক্লগা লোক্লকই। "অশোনবা মীদি অশাওবগী শাদোংনি" হায়না পাওয়ৌ ওইনা শীজিন্নৈ। অশাওবা মুংঙাইতবদগী ইথক্ত খঙহৌদনা য়াম্না থূনা মহৌশা লৈরবা ফিভমদগী হোংলকই হায়বসি অয়াম্বগী মশা মশাদা কাওনবা ঙাক্কনি। বারী ওইনা ইং শোক ১৯ ৮ দা থোকখিবা অর্জুনগী লাজাওদা লাল লোইরহুনা হন্নবকপদা মচা মনা হন্নকপা ওজ্জে কায়রহনা শিথাংকমদা ঙাইহনা লৈবা মূপী কয়ামা শিগ্রে হায়বা পাউ ভাবদা ইথক্ত খঙহৌদনা মকোক্তা লোক হৌথি অমসুং মথাদা কোন্থনা মচা থোম পীথকপা কয়া শাউনীং-লিচৈ মভম ওইবনা মশাদা হু কায়রহনা মচা শিখিবা য়াওখি। অশাউবা থুদিংগী হকচাংগী ভীং (জীবনী শক্তি) অথোই অহেন মাইথা শোকই। শিংলি শোৎহে। মরম অসিনা ঙম্মদৈ শিরম থুদিংমক্তা শাউদনবা হোৎনগদবনি। অশাউববু থূহৈম চনবা মী অহুদি মী পূর্ণকভা মরূপ ওইবা ভগ্নী অমসুং মী থুদিংমক্তা মহা-কপু কিদবা, হঙোইদবা ওমদে। শাউবা তারবদি ইথক্তা ইশাগী অয়ানবা কয়াদা শাওগদবনি, অমসুং থূনা চুমথোক্লবা হোৎন-গদবনি। ইশাগী অশাউবদা শাউহন্দো হায়গী অশাউবা

খুৎথম চৎবা ওয়বা হোৎনগদবনি। অশাউববু নীংথিনা খুৎথম চৎলগা থম্মোয়দি য়োইহনবা থবক পাওথোকপা য়ানববা শাউশিন-নবদি অশাউবা কৌদে। মঙ্গুম্বা অশাউবা অহুদি অহুক হাক্লা হকচাংগী ভীং শোক্কে। শাউবা খুৎথম চৎবা পাৎম মথাদা তাক্লি।

(১) হেক শাউনীংলকপগা অশাউববু জয় তৌরগা কাম-পদোবা কয়া হন্না হন্না পূক্নীংদা বাথল তৌরগা শাউফরোই হায়বা থন্দুনা পূক্নীং ফাজিন্নবা হোৎনবা। শাইরকদবা হিয়ম কয়াদগী থাপ্না লৈনবা হোৎনবা।

(২) পূক্নীংদা অশাউবা কুইনা লৈতনবা হোৎনবা। অদুম তৌরবদি অশাউবা ঈথক অদু মথম্তা অদুম মমথজখি। বাইবলদা ফজরবা পাউতাক অইবা লৈ—"Let not sun go down upon you woith"—মঙলা শাউরিবৈদা নুমিৎ তাহনখিনু। অশাউববা অশাউববু কৈদৌবৈদসু জয় তৌবা ওমদে হায়বসি মঙলা থক কাউরোইদবদি।

(২) কনাগুম্বা অমগী মফমদা 'ঐনা ইয়াল লামা শাউক্লরবদি শাউবা ফরক্লবগী তুংদা মহোন্দা চপ্তুনা ইশাগী অয়ানবা ওাকপীয়ু হায়না হায়জক্লরবদি তুংদা অশাউববা ঐবু খুৎথম পাক চনবা ওমদে অয়াম্বা মীনা মহোন্দগী হেন্না তোনবা মীনি হায়না থন্দুনা মচা মমাইদা কয়া শাউই; চৈ থাৎই। তৌইগুম্মুং ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি মী খুদিংমক চপ মান্নরিবনি। ওসি ঐগী ইথোঙ পায়বম্বা মী অদুনা হয়েং অমুক মহাকী মথোঙ অমুক পায়রোই হায়নীংঙাই লৈতে।

(৪) ইশাগী ইরল ইশানা মুন্না থন্নুনা মশক থংলগা মহ অমুক তৌরোই হায়রুনা চে অমদা ইরগা থেন্তুনা থম্না য়াম্না কানৈ।

(৫) শাউনীংলকপা মতমদা মিংশেল য়েংবা অশাউবা কোক্লবা অরাইবা পাম্বে অমনি।

(৬) শাউনীংলকপা মতমদা ঈশ্বরগী মাথ শোনবা নত্রগা অমদগী চামা কাওবা মশী' থীবা।

(৭) শাউনীংলদপা মতমদা তুমীন্না কমহুনা লৈরবন্থ অশাউবগী ঈথক অসি মথন্তা নেমজখি।

(৮) অশাউবা অয় তৌগে হায়রবদি রজসিক ওইবা চিঞ্জাক হায়বদি মোরোক, ইরোম্বা, য়ু, গঞ্জা, চুরুট, তিন্থো চনম্নচিংবা, শা, ডা চাবা থাদোকপা তাই। চিঞ্জকা পুক্নীংগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মতুংগী মরম মুখা থঙগে হায়রবদি ঐনা ইজবা অহানবা অমম্তুং অনিগুবা শরুক পাবিয়ু।

---

# মীহৌবা

মীহৌবগী হৌরকফমদি পুকচেল পীকপা অমম্তুং মশাগী ওইজবা পাম্বদগীনি। অতোপ্পনা চাওখৎপা উরগা মহাকম্থ হোং-মহুনা চাওখৎনবা হোৎনগেদি হায়রহনা চাওখৎলিবা মী অহবু তাবীবা হৌই। মতোন্দগী হেমক্রে হায়না মপুক্নীংদা থোইম্নাং

থোইশাওবনা পোখাকম্ খঙত্রবা মী অহনা মী অহুগী মাঙনবা থলুবা, মুংশিরুদবা অমম্বুং মহাকপু হুনবা অসি মবুকচেল পীকপা মীগী শাজংখি। লম, মিংচং, মুপীবচিংবা মীহৌরুরগা মহুত্তা থন্দুনা পুক্রীং অসি পোখাকম খঙদে। ঐনা ফংবীংবা পোত্তু ক,ত্রগা অত্তোপ্পবদি কংগ্রগা পুক্রীংসি পোখাকম খঙদহনা অশেংবা অতপ্পা বাখল থম্বা ঙম্মক্তে। মতম অহুদা ঈকাই ঈকী থাদোক্তুনা শেয়ান তুরাববা ইশাগী মাঙগনবা থবক কয়ামুক তৌরকই। ঐবা পামলুবা পোং অহনা ঐগী পুক্রীংবু খুহম চনপ্রবনি হায়বসিমক কাওবা কাউরকই। ঐবা পামলুরিবা পোং অহুগা মরী লৈনবা মী পোং-চৈ অহু কাওবনা ঐগী পুক্রীংবু ইয়াম লায়না চিংখি। অশেংবমক্তি মীহৌবা অমম্বুং অপাম্বা হায়বসি মচিন মনাওনি। মী অমগী পুক্লিগী মমল য়াম্রবা বাখলবু অমি অসিনা উত্তা থী হৈজিনবগুম অৱেম্বদা মাঙহল্লি। মীহৌরিবা পোং অহু করিনো? করিগীদমক ঐনা মীহৌরিবনো হায়বহু মুম্না বাখল 'তৌরগা অশেংবা বাখলগী ঈচেল অহুগী মতুং ইম্না থবক্তা ওহোকপা ঙম্বা হোংবরবদি মমায় চুম্বা ঈচেলগা লোয়ননা হোন্বা হিঙম্না পুক্লিগী লমথুংকম থুনা য়োগদৌরিবনি। অনিঙবকপদা ঐনা মীহৌরিবা পোং অমম্বুং মী অহুদগী থাপ্পা লৈনবা হোংনগদবনি। অহুগী মহুত্তা ইশাদা লৈবা অরাংপা গুণ অহু ঙম্মখৈ তানশিন্দুনা ইশাবা ইশাবু চাওখৎনবা হোংলগদবনি। চাবা, শেংপা, তুম্বা হায়বসি ঈশ্বরনা মী অমম্বুং জীব খুদিংমকী শরুক চপ মান্না থুংলিবনি। পুক্রীংদা পেনবা হৈয়বদি অমম্বুং অয়ানবা বাখল মাঙপ্রবদি

পুক্লীংদা পেমবা ঙম্নকই। ঈনাক-কৈরাক খুল্লবা, মকম চাউনা থাইরবা মী অমনা ঈনাক খুল্লবনি হায়দুনা মী থাইনা চেঙ মেরুক অমা চাবা মকমদা চেঙ মেরুক অছুম চাবা ঙম্বা হৌনদে। কালেনগী নুংশাবা মতোম্দা শাবোই অমস্তুং নিংথমথাগী উন্না মতোম্দা ঈংলোই করিস্ হায়নীংঙাই লৈতে। মীচম্বা শীজিন্নদবা যাত্রবা পোৎচঙ থবদা মপাঙ্থোংদা মথোয়না হেনগ্রবস্ মতুংদদি করিমত্তা হেনবা মত্তে। হেন্না লৈরিব', ফজনা শেৎলিবা, হাউনা চারিবা মথোয়দুনা হেন্না অবা-অনা ফংলিবনি। অাম তারবগী লম-বীদা মথোয়দি হেন্না খুদোংথীবা লৈরিবনি। চাবা, থকপা, শেৎপদা হেনগৎথিবদু হেনবা কৌবা য়াদে। মুন্না থল্লুরবদি মবুক-কাবা ঙম্বা শরুক্তা মথোয়নদি য়াম্না তোম্না লৈরবনি। অশেংবা নুং-ঙাইবা মথোয়গী মশাদা ফাওদে। মীহৌবদগী কন্নবা শাম্ লমশাবা যুমশাগা তিন্নবীংবদগী মীনা লায়না কাহুনা শীজিন্নবিবা, লমজেং বাঙলবা শজীনা শাদন্‌বগী বাঁশীগী খোজেলনা মথরায় মাঙলিবা, ঈশিংদা লোৎপা হৈরবা ডাবা অচাপোং মীহৌবদগী খোইদা থুহনা মপূক্সি মাঙলিবা মৈরাবনবীনা মৈ উবদা মমিং কাজীনবা ভমদবদগী মৈপুংদা চোংশিন্দুনা মথক্লায় মাঙলিবা অঙকপনি। ইন্দ্রি অমমমদ, শোয়বদা মপূক্সি অমেম্বা মাঙলিবনি। নঙ ঐদি ইন্দ্রি মঙাষক মীহৌবগী মথুক্তা শিমথোক্রবদি করম তোগদোবি? ছুবেল কয়া-মরুম্না মায়কৈ মরিমক্তগী চেনশিল্লকুনা সমুদ্রদা তায়বম্ হাম্নগী ফিভমদগী করিমত্তা হেন্দবা অহুঙম্না মবুকচেল কাবা ওম্নবা মী অমগী পুক্লীংদা মীহৌবা কয়ানা মবুকচেল হোংহনবা ঙমদে।

মখোয়না মবুকচেল লৈবা মরমনা অরা অনা করিনতা চঞহনা ওংপা ঙমদে। শান্তিগী তুংনকম ফায়বহ মখোয়নি। মখোয়স্তু শান্তি থিব্রিবনি। লম্বী ওনহনা পুক্কীংদা পোথাকম কংত্রিবনি। পুক-চেলতবু কাবা ঙম্লবদি ঈশ্বরগী অশেংবা লুংঙাইবগী নঙাল কাও-রক্নুবা মীনম্বা মায়াগী অমম্বা থম্মোয়দগী মাওথিহুনা অশেংবা অপেনবগী তুংনকম ওইবা শান্তি কংবা ঙমগদৌরিবনি। মরম অ'সিনা ম'য়াগী পোতা করিনঙা কল্লকম লৈতে।

---

# শুমঙ্গংপা

পাপ পুন্নমক্কী হৌরককমদি শুমঙ্গংপনি। শুমঙ্গংপা - রাখল লৈতবগা মশা অনানি। ইশাগী ওইজবা পুন্নমক শুঙ্গংপগী লঙ্গেনা পুমচাক চাকথেকুনা মাঙহল্লি। অরাববু মু'ঙাইগা ওইনা উহনবা, অশাবু অ য়েংবা ওইনা থলহনবা, মক্কপ্ হেক্কুবা ওইনা, হেক্কুববু মক্কপ ওইনা নীংহন্নবা শুমঙ্গংপতনা ওইহল্লিবনি। লীন পুবনা তুম্বা থোংলগা লীবনা লুবাক মন্নুংদা মকোক ফন্দুনা জগোই শাবগুম ঐখোয়স্তু শুমঙ্গংপগী মীনম্বা থমেঙবা সূর তাবদা ঈকাই ঈকী হুন্দোক্কুনা জগোই শাব্রিবনি। অম্তাং ওইব্রিবেদ শাম-পোংবা শুমঙ্গংলম্মী। পাথং ফারকপদা অপাম মুংশি রাখলনা অমুক শুমঙ্গংলরে. অকবা পোষাক, অকবা মুম, কম, মিংচংনচিংবা

অকে-অমোৎপা রাখলনা অমুক্তা ঐখোয়গী অর বা পীরে।...ঐগী ঐগী হায়বা রাখলতনা মতম চুপ্পা পুক্লীং অসি পোথাক্রে। অরেম্বদা থংনবিবা, চৈনবিবা কেশ ক্ষৌরবিবা পুম্নমক শুক্ৰংপদগী চাক্তনি। ঐগী পুক্লীংবু শুক্ৰংপ্রিবা ইতু ইচচ ইবল মক্সগা মিংচংবা রাখলগী ঈথক্তা হিনাও শাবা মাওদনা হিবা কোয়বৈ লয়রহনা ভাউবশুম ঐখোয়স্থ ভাউরিবনি। পূকচেল পীকপদগী মচা ওইনা উবা, মচাক ময়লনা মহাকীনি হায়না খনবা, ঐবা, মুংশিবা অচানবা মীদদা পীজ পীথক্লপা লোইরে হায়না খল্লিবা পুম্নমক শুক্ৰংপদগী পোক্লিবনি। মথ.দা কোন্দুনা থোম্মাং অমত ইল্লকপী নাম্বক-যেক্লকপা মতমদা অহিং মিংশেং খাণ্ডহনা তুম্নক্রবী তম-বাক্তা থী, য়ু. কায়জীনবিহনা লাইকমবী মমাবুদি পীজ পীথক-মীংত্রগা বেঙ্গা অমগী মশক উক্লখদা মীনোক অমুক্তা চাওহনা ঈশৈ শৈশক অমুক্তা লৈজবমথৈ থাদোকপা চম্লিবা পুকচেল্ অহ শুক্ৰংপদগীনি। মুপী অমনা মচাগা অত্তোপ্পা অণ্ডাং অমগা শাম্নরক-পদা য়ৈন-শুনরগা মীগী মচাদা হোৎচিন্দুনা ফুরিব; শুক্ৰংপদগীনি। ঐগী মীগী য়াম্না থায়হনা ইমা ইচা, ইচিন ইনাও পুম্নমক য়েংত্রিব শুক্ৰংপদগী পোকপা চাক্তনি। ঐখোয়না ইম্নং মুংচাইনা তৌগদব ইথৌ পাংথোকচগদবদা হকায়বা পীরিবা শুক্ৰংপদগী পোকপা রাখলদগী চাক্তনি। শুক্ৰংপ্রবা মী অমগী শাজং, পুকচেল থোই-জেলদি গাঃড়ী যন অণ্ডাওবশুম্ননি। পাথং অমনা লীকোন শামকম থাবল চোংফমদা মোক খেহনা মপুক্লীংদা ময়াই কাহল্লিবহ শেয়ান-মবা রাখলদগী পোক্লকপা শুক্ৰংপনা ফিবম অহু ওইকল্লিবনি।

য়ু চাওবা অমবা লময়ম্ভাওদা থরো থরো ওন্থুনা লৈরগা চাওকাখ্রিবা অমমা শমহুমা পূরগা ইমহুনা লৈমখিবহন্দ্র য়ুনা শুমংগ্রবনি। য়ুপী, ফম, লন, মিংচৎনচিংবনা শুমংথিহুনা পুন্সিগী খোঙথাং খুদোংদা য়াইচিলচল্লিবা মখোয় অহুগী পুন্সিহ অয়েশনি। পুম্মক মহাক্লী কৈদৌডৈদম্ব ওইবা য়াবোই। শুমংখিবদগী মখোনা মপাঙ্গল, মশীল মরল অয়েবা মথৈ পুথোক্লুনা তৌবা ওস্বা উৎলিবা মুপাদো থাগৎনিংঙাই কয়বতা লৈতে মরৈবাক্তী অমসুং মীওইবগী কাংনবঙীদবক্তা শুমংপা পুম্মক্তই লাস্থোয়ক্লুনা তৌকদ থোকপা থবক তৌরবা মুপাহগী খোঙ্গুলদি মী খুদীংমক্ক ভুংইম্না চৎপদা মতৌক চায়। লাইরবা চাকনিবা হগুবীদবা লাউহৎলগা অগোই শাবী ঈশৈ শকপী কয়াদা ফিরম তৌহুনা শেল থাব্রিবা মুপাদো কদ্রি থাগৎমিংঙাই লৈবগে? আইন সভাদা কাথৎনবা মীথোগ্রদ লুপা লিশিং লিশিং পীথোকপদা হালেংবা লৈরবা মুপাহুদা স্কুল, লাইব্রেরী, ডাক্তরখানানচিংবা মাঙখোনবা কংলম্নবদি শুদ্ধংপা কোক্রে হায়বা য়াগদবনি অসিগুম্বা পুকচেল পীকপদগী পোক্লকপা শুমংপসি কোক্কে হায়রবদি পুকচেল চাউথোক্লুবা পুম্মকপু মুংশিবা তমলগা ওমজবা ইথৌনা পুথোক্লুনা অবা অমা কয়াদা মবা পামদনা অমসুং থুলংগী অশা থাদোক্লুবা সেবা তৌরক্লবদি শুদ্ধংপসি মাঙশিল্লকই। অমস্বা য়াথল মাঙপ্রবগী ভুংদা অশেংবা অচুম্বা জ্ঞানগী মঙাল ফাওরক্লুবা চৎকদবা লম্বী তক্ক তক্কবা উবা ফংহুনা পনথুংফম তাম্না মমায় ওন্দনা চেল্লিবা মখোয় অহুনা পৃথিবীগী অশেংবা শান্তি পীগ্নিবনি।

# নাপল অমদি ময়াই কাবা (মদ)

মশাগী মতিক মগুণ মুম্না খঙদবদগী মীওইবনা নাপল তৌরকই। মশাদা লৈরিবা মকাকী মতিক মগুণ অদু কদায়দগী লাক্লিবনো অমস্তুং করম তৌনা ওইরক্লিবনো হায়বদু য়াম্না মুম্না থিজিন্নরবদি মহাকী নাপল অদু মরাম চাইথহন্দবা ঙমগনি। মী অতৈবু থানদনা মশাবু বাংনা থাঙ্গংচনীংবা অমস্তুং মতীক মগুণগী চাং ইরেং য়েংদনা "ঐস্তু মীনি মহাক্কুদি ঙম্রগা ঐস্তু কায় ঙমদনি।" হায়না মরমাই চাউথোকচবা বাখলদগী পোকপা অরাম্বা পুকচেল অদুবু নাপল (মদ) কৌই। নাপল অসি অনি থোক্লা থায়দোকপা য়াই, মদুদি :—মশাগী মতীক মগুণ খরা লৈজরিবদুগী মতুংইন্না চাউথোকচনীংদুনা মীচোন্দা মশাগী নাপল উৎপা অমা। অদুগা মশাদা মগুণ ইরৈ লৈতনা মীনা মহাকপু ঊকায়থুম্বা অমস্তুং কিনবা হেন্না হায়জিন্দুনা চাউথোকচরুবা অমা। অনিমক থোরবগী ওমতৈমবা পুকচেলনি। মশক মতৌ, শাগৈ, লন থুমদগা পোক্লকপা নাপলদি মাঙনবগী মশক্নী। তাইবংপানবগী থোকচং অমম্বনি। মুমিৎ খুদিংগী অরেপ্পা লৈতে, অমস্তুং হোংবা নাই। চাউথোকচরুবা মহাক্কী নাপল অদু মোংমদি খঙহৌদনা খঙমাঙ মাঙবা য়াই। মহাকুম্বা অমস্তুং মচোন্দগী হেন্না শাগৈ অকবদা পোক্লম্বা অমস্তুং মশক মতৌ ফজরবা কয়া ঙমথিরবা লায়না কয়ানা নাহুনা মীওইবগী তুকচনফম ওইবা ফীভমদা ফজনরি। ময়ল মথুম চীংমুক বাংনা পৈহনা লৈবা ঊনাকখুনবা কয়া থুদোং

মীবা কয়াদগী লম্বীগী চাক্লিবা কয়া য়াওরি। মরম অসিদগী "লায়রবা মচা শগোল তোংবা ভম্ব, অমস্তুং ঈনাকখুনবা মচা ফৌম্ব-চেঙম্বা ভম্ব" হায়নরিবনি। অয়াবা-মুংঙাইবা অমস্তুং অমম্বা-অঙাৎবা হায়বসি তাইবং ঈপাক্তী ঈথক্তি। থুনা থুনা হোংই হায়বসি পূম্নমক্কা খঙবা ঙাক্তনি। লায়র-চুদংবরা পাথং অমনা নৈতনা অরৈ শাগ্নুনা লিকোল শাগ্রবদা, সিনেমা য়েংবদা অমস্তুং হয়াও ঙয়ামদা মমায়বদগী য়েনা তৌগে থল্লিবন্থ মশাগী নাপলদগী পোক্লকপনি। করিশ্মু শঙবদা অগোই শাম্লী অমদা মমায়বগা তান্ন তাপ্রন্থুনা শেল থারীবন্থ মশাগী নাপলদগী পোক-পনি। মতিক মগুন্দদগী কেন্দোক্কা থবক তৌক্লবা কাঙ্গু অহুমদি য়াম্না থুনা অর বা হেক হেক কংই। চাবা, থকপা, শেংপা অমস্তুং হয়াও ঙয়ামদা চাদীং তৌবদা ইমাক-কৈরাক থুনবা মচা অমগা ক্রক ক্রক য়েংনবা "মানা কৈদা হেবা ঐনা কৈদা য়াংপা" হায়দুন মপুক্কীংদা নাপলগী মতুংইন্না থবক তৌথোবক্কবা পাথং অহুদি খোংজি য়াওদনা পাইবা তেলঙ্গাগুয়া থুদোংথীবগী মুংশিংবা নৈহনা উক্ল উক্ল লেহনা মাঙগনি। তাম্নবা তারবদি মরম ওকপা লাইরিক যবা, তান নৈবরোবদা তারগদবনি। মদোমদা ময়াই কানবা ঙম্নবন্থ ঐ মরম য়াম্না ওক্লে অমস্তুং লাইরিক ফরে হায়বা নাপল থক তৌকন থোক্তে। "ব'তোলনা য়াংলগা কাকনা কম-দেকই" হায়বা পাউয়ো অহু তাহনা তোকই, নাপল চাউবা মীবু মকুপ-মপাং, শাগৈ-মাতৈ অমস্তুং মহাকা তিনক্লবা মী, থুদিংমক্কা মুংশিদে হায়বসি থক কাউরোহদবনি। মীমা থাগৎলক্লগা

মপুক্লিংদা ময়াই মথল অমা কারক্তুনা নাপল তৌরকপা মীহ্ মীন্ন্য হোইরগা চৎপা মনত্তুদবি। মরম অসিনা মকম চুপ্পদা ইথত্তদা ইথত্তবু চাং য়ে‌ংজগদবনি। নাপল কারকপা মতমদা নাপলগী ঈথক অহ্ থুনা মেমথগদবা অখোঙবা উপায় অমদি যোংথক্তা য়েংথংপনি। মপান নাইত্রবা আকাশ অমত্তুং মুমিৎ, থা, থবান্মিচাক য়েংলগা ইথত্তপা তাইবঙগা চাংদম্বুকরগা শঙ- হৌদনা নাপলগী মহুক্তা পৃক্তীংদা ঈশ্বরগী প্রেমগী ঈৎক হৌরক- কনি। সংস্কৃত-ন্নাহৈদা চাউখোকপা শব্দ অসি মথল অনি গুই। মহুদি :—দম্ভ মশাগী মতৌক মগুণদগী হেন্না হায়জন্দুনা অতোপ্পনা মহাকপু ঈকাই খুম্মনবা অমত্তুং উশিংনবা হোংনবা অমা, অহ্গা—দর্প=মশাগী তৌবা ঙম্বা মতৌক মগুণ অহ্ উত্তুনা মীনা মাবু ইকাই খুম্মবা হোংনবা অমা। ঙশিমক অখোই অহেন নাইবা ফত্তবা গুণ ডাক্তবি। মহুগী মহুত্তা মশাগী অশেংবা অশোনবা অমানবা অহ্ উত্তুনা হায়না পরিচয় পীহৌ- বনা অশিংবা জাত লৈবা মী অমগী খুদম ওইরকই। অশেংবমক্তি মরমচৎ ফজবা রাহৈ রাত্তা নীংথিজবা নোংলুকপা মীবু অতোপ্পনা ঈকাই-খুম্মে হাইবসি কাউফদে।

———

# কল্লক কঙ্গাওবা

অতোপ্পনা। ঐতোপকী হেনগ্রগা পুক্নীংদা মুংনাংহুনা অয়ামবা থবক কয়ামুক তৌরকই। ইশাদা কয়বা দোষ লৈহুবা ঐনা অশিঙবা ফিভমদা লৈরগা মীনা ঐতোন্দগী হেনগ্রিবনো হায়বহু রাখল ইংতৌ তৌদনা ঐমা কল্লকউরিবা মী অচুবু কল্লক য়েংথী-ৎখিবা মী অহুদি ময়মাইগী ওইজবা কয়ামুক মাঙলবনি। মীনা চাউখৎপ্রিবা ফিভম অহু ইশানা ভাম্নুবা ৮।৫থংকে মরম্রগা ঐন্দ থকবা মী অমা ওইগে থনুবা হোমররুবদি কল্লকউরিবা মী অচুবু মুংসিরকপা ঙমই। মতুংনা মীনা চাওখৎপ্রগা "তৌজবগাদি-বসে" হাইবা পিরুবা রাখলনা পুক্নিংদা তোংলহুনা মী অচুবু মাংহৎ নক্রগা মিংচৎ থীনবা অমম্ভুং মহাক্কি কত্তনবা থবক থক তৌবা হৌরদে। ঐনা কল্লক য়েংখিরুবা মী অচুবু ঐমা হয়া হয়া মীতো-ন্দা মিন্না তৌরুবসি য়ায়া তোল্লবা মীগী পুকচেলনি। মীগী দোষ ঙাওবরুবগী মহুত্তা ইথত্তাগী দোষ মীতোন্দা শায়দোকচবা অমম্ভুং ইরমাই চুমথোক্লুবা হোংনবক্লিবা মী অহু মতম থরগী ভুংদা লৌ শিং লৈবা মী অমা ইয়াই লায়বা ওইবা ঙমকই। মীগী মরাল কয়া লৈহনসু ঐতোন্দগী হেনগ্রবদি মহাক্কা ঐতোপকী হেনবা মতুং কয়ামুক লৈরনা তৌখিবনি। মহাক্কা ঐতোন্দগী হেনখিব-গীদমক ঐনা মহাকপু মুংসিজ্রবদি ঐন্দু চাওখৎপা ঙম্মোই। মতোন্দগী হেমা ঐন্দু চাওখৎকে হায়না থরবদি মহাক্কা ঐগী

কিদম ওইব তাই। মরম অদুনা য়েংথিবগী মহক্তা খুংশিবনা মহাকপু খুদম চৎলবদি ইথক্তগী থস্মোয় অসি খঙহৌদনা কারকপা মৈচাকী মহুৎতা প্রেমগী অমৃত অমা কাওরক্লুনা পুক্নিং হকচাং পুম্নমক ঈংথংবনা ওৎরকই। কল্লক করজাওবা মী অমগী মমিক্তা অমম্নং মহাকি বাখলদা অকবা অমঙ্বা মীংথিনা উবা ফংদে। মতম লৈবা খিবিক্তা মথাকি থরায় অহু মকা লাম্বা ওমদে পুক্নীংবু মকা লামজনা মী অহুদি লৌশিংগী মঙাল ফংবদা মতিক চাত্রবা মূপা অমনি। মীওোম্দা যোঙরোই অমম্নং হায়জবেঃই হাইবা বাখল অহু পুক্কিংদা কম্না কাবক্লবম্ব ইশাগী অবাংপা শক্তক অহু ইশানা কম্না ভাঙহনা ফংএবা হোৎনগদবনি। তৌইওমম্নং অতোপ্পবু খুংশিদবা চুমদে। অতোপ্পনা উশিং থওইবিরক্লবম্ব মহুসীদমক্তা লমম খুম্নবা মহোম্দা ওৎলুবগী মহুত্তা ঈথক্তা পৎচ-হুনা ইশাদা ভুমহুনা গৈরিবা শক্তি পুম্নমক হৌদোক্লুনা শীজিন-গদবনি। মতম পুম্নমক্তা কাউরোইদবদি ঈশ্বরদি মীচং নিথাই লাইদে হাইবসিনি। মামা মামা হোৎনজবগী মতুং ইন্না ইবুংঙো মহাক্তা শক্তি পীরক্লিবনি। ঐম্ব মঙোম্দগী হেন্না কম্না হোৎনজ-রক্লবদি করিগী পীরক্লোয়। বাবেম থৌরেমগী লাইরিক পাবগী মহুত্তা য়াম্না নংলমবদগী অমম্বঃ বাম্বদগী চাউথংথিবা মহাপুরুষ কয়াগী পুন্সি বাম্বি পাহুনা ইশানা মহাকি ফিদম লৌহনা ইশানা ইশাবু চাওথংনবা হোৎনগদবনি। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর করম্না ফিভমদা লৈরম্নি? মহাত্মা গান্ধী অহাবদা করম তৌরম্নী। কয়ম্না কাইদথেদা চাউথংখি? হাইবনচিংবা বাখল অসি ইথক্তা

ঊব্রাইরগদবনি। সংসার আসদি হোংনবা করবা মীগীনি। পূক্নীংগী থৌশা, হোংনবগী থোঙথাং য়াওদনা কনা অমত্তা চাও-থংপা য়াওখিবা নত্তে। থংন-চৈনবা, হুন্নবা, অমনা অমবু পীকথননবা হোংনবগী মর্ছত্তা পূক্নীং য়াইশংনা তোঁগদবা ইথৌ অমদা ইশাগী চাওথংকদবা লম্বীদা পোথাবা নৈত্তনা তকশিন্নগত্তা থেংকপা অমা লাকদবনি। তাইবংপান অসিদা লৈন্নিবা মী খুদিংমক, জীব খুদিংমক ঐগুম্না ডাক্তবি মীংহুনা মীনা য়ারগা, য়াখিবা, মীনা নুংঙাইরগা ঐনা নুংঙাইবনি হায়না থম্মোকপা ঙম্নবদি কন্নক কক্কাওবগী য়াথলনা পূক্নীংবু থক য়াই চিলহনবা ঙম্মোই। ঐ অমশুং ঐগী ( অহং মমতা ) হায়বা কন্নবা থৌরীনা সংসারদা পুনশিন্দুনা থম্মিবনি। অতোপ্পদা নৈথা অকবা গুণ পূম্নমক নীংথিমা য়েংবা হৈরগা ইশাদম্মু পুশিন্নকপা ঙমথি। লমচং কন্নবা, পূকচেল চাউবা, মগুণ নৈবা মীবু ইকাই খুম-নবা ঙম্বা মী অতেপ্পগী বিদ্যা বুদ্ধিবু শীংথান্না ঙম্বা মীনা থাইগী কান্নবা থবক তৌবা ঙম্নকই। মশানা মশাবু মথত্তা মথকলোমদা কাথংচবা ঙমই। ঐথোয়না কাউত্রোইদবদি ইশা ইশানা তৌজখ্রি'। থবক্কী মহৈ ( কর্ম্ম ফল ) চাবা শোয়-ত্রবনি। ইশাগী অয়াংপা ইশানা যেনথংচবা নত্তনা কনানা যেনথংপীরগনি?

# চৌঙ্গাক

পুক্নীংগা হকচা গা থ্বাইদগী হেন্না নক্নবা মরীনি। অদুগা হকচাং অসিদা চৌঙ্গাক্কী ওন্নকপনি। চাখ্রিবা চৌঙ্গাক্কী হকচাংগী ঐ ওন্নগা হকচাংগী মকম খুদিংমক্তা শীমথুনা চেন্দুনা লেমগৎ-শাগৎকদবা মচাক মখৈ য়েন্নিবনি। চৌঙ্গাক্তা য়াওখ্রিবা মাঙবা য়াত্রবা অদু পরমান্নুগী শক্তা পকখ্রিবনি মতীক মরাই মখৈ বাখলগী য়ুমফম ওইরিবা থোপ্তা তুংলব্রিবনি। মরম অদুনা চারু-চাকুবা পোৎ অদুগী মতুং ইন্না বাখলগ্গ ওন্ন। ছান্দোগ্য উপনিষদতা ইরি, মদুদি :— চাখ্রি থকখ্রিবা চৌঙ্গাক পুম্নমক অসি শক্রোন অহুম থোকই। থ্বাইদগী হেন্না পোৎবা শক্তা থী, য়ুং, হমাংমচিংবা ওন্দুনা মপান্দা থোরকই। অমিত্তলকপদা মরাই ওইবা শরুক্তা হকচাংগী মচাক ওন্নি। অদুগা অহুমগুরকপা থ্বাইদগী হেন্না কুপ্না চৌঙ্গাক্কী শক্তা পুক্নীংগী মচাক শাগৎলি। মরম অসিনা মী অমা মশক খঙগে হায়রবদি মতাক্তা তিন্নরিবা মক্লপ মপাং মশক খঙউ হায়রগুন্না মী অমগী পুকচেল খঙগে হায়রবদি মহাক্তা চাব্রিবা চৌঙ্গাক মশক খঙউ হায়রবদা হায়মনবা থোক্লোই। তাইবংপান অসিদা লৈব্রিবা থরাই পানবশিংগী মহুংদা মখোয় মখোয়না চাব্রিবা চৌঙ্গাক্কী মহুংইন্না পুকচেল থোইজেনমক, তোঙান-তোঙান উবা ফংগনি। মরম অসিনা পুকচেল ফাহুনা হকচাংগী মচি ওইবা ফষীবু চোকশিন্না য়োকে থল্লিবা মী অহুদি ইহান হানবদা চৌঙ্গাক্কী মরমদা য়ান্না চোকশিনবা তাই। হিংনবা চাগদবদি, চাবনীদমক্তা হিংলোইদবনি। লৈয়েংগী মথা পোন্দুনা

চানীংবা চারগা লোইরে থল্লিবা মী অদুগী ময়া অমসুং মরেদি মরম ইগী মোংফম তৌজরবনি পুক্চেল ফাগা হৌগদ্রবদি চীন-জাক্কী থাম্না হৌগদবনি। মরম অদুনা কন্নি কনবা চীজাক চারগা মশা মথুং শেংবা থমগদগে অমসুং মপুকচেল ফাবা ওমগদগে, হায়-বগী মরমদা য়াম্না চেৎশিনফম থোকই। গীতাগী মত মতুং ইন্না চীজাক অসি চাউরাক্না মথম অহুম থোক্না থাদোকপা য়াই। মদুদি:—সাত্ত্বিক, রাজসিক অমসুং তামসিক আহার। মদু চারগা পুল্লি হেনগৎপা, রাথল চাউথৎপা, পাঙ্গল হেনগৎপা, অনাবা ফংহনবা, মুংডাইবা, পেনবা, হরাওবা, থোৎপা হকচাংগী মচি ওইবা অমসুং মেংবদা পুক্নীং হুবা চীজাক মথলশিং অদুনা সাত্ত্বিক আহার কৌই। য়াম্না শিনবা, অথৌবা, মৈগুম্না শাবা, য়াম্না য়াকপা মাতোমচিংবা পীং পীং কাবা, মদু চারগা হকচাং নাগনবা অমসুং অরাবা পোকপা চীজাক অদুবু রাজসিক আহার কৌই। অমসুং অপুম্বা, মহাও কম্লবা, চজীক, লুথাক অমসুং মচি ওইবা শরুক মথৈ লৌথোকত্রগা কান্নত্রবা শরুক, মথোর অদু চারগা হকচাংদা তুমনীংবা, অমা মাঙবা অমসুং তনথবা পোকপা চীজাকশিং অদুমথৈ তামসিক আহার কৌই।

পুক্চেল কাজেনগে অমসুং বুদ্ধি লৌশিং চঙথোনগে অমসুং মশা মউ ফন থমগে হায়না থল্লিবা মীশিংনা মথক্তা চীজাক মথল অহুম অসিগী মনুংগী সাত্ত্বিক আহার অসি চাগদবনি। মসলা য়াওদবা অত্তেকপা মনা মশিং মহৈ-মরোং অমসুং কমলা, চম্প্রা, কিহোম, হৈজৈ, কিশমিশ, বদাম, লৈশাক হবাইনচিংবা

হৈ-না শঙ্গোম অমসুং শঙ্গোমদগী পোংকপা পোৎ অমাহদি সাত্ত্বিক আহারগী মহুং চল্লি। মতৌ অসুমনা মহাত্মা গান্ধীনা চাংয়েংবদা অসুম্না ইরম্মী "ঐনা চহি তরুক চাং য়েংবদা হৈ অমুমনা, কিসমিস বাদামনচিংবা অকংবা হৈ চাখিবৈ মতমদা পূকচেল লাকপা য়ায়া লায়রম্মী। তৌইওমসুং শঙ্গোম থক্লকপা মতমদা হকচাংদি কপংলি হায়বসু পূকচেল কাবা অমসুং ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপা য়ানা থোকখি।" স্বামী শিবানন্দনচিংবা অশেংবা লম-থোইপ্রবা মীনদি হৈ অমসুং শঙ্গোম চাবদা আপত্তি তৌদে। হরাইগী মহুংদা মুগ, চানা, মায়রোংবীদি চাবদা কায়ে, মতৌক ময়াই কদে। অহূপা মঙ্গল, মগুবিদি মতা অমা ওইনা হকচাংদা মায়াই কাবা পোকহল্লি। ঘী, থাউদা য়ায়া ভাউরবা অচাপোৎ, অপূপ অমা, শা-ঙা, ইরোনবা, উতি, আচ র, পোইরুম, চরাই-চায়দি ব্রহ্মচারী অমা ওইগে থক্লিবা মীনা পূমথা থাদোকদবনি। য়েন্নম অমসুং ভিটামিন, চনমদা হকচাং কপংনবা বিটামিন অমসুং মিনরেল সলট কয়া য়াওহনসু ব্রহ্মচারী অমগী চীঙাক্তি মতে। মরমদি মথোয়দা কামগী ঔথক ঔমাং হৌগনবা মচাক কয়ামুক য়াওরি। চুরুট, বিড়ি, য়ু, চামচিংবা মকৌশানা ময়াই কাবা অচাপোত্তি থোইনা পল্লুহনা কায়দে। মথোয়দি চারু-থকলুবদি লায়রহনা মখিংদা পনবদা হকচাং অমসুং লমচৎ মাঙহনবা চীঙাক ঙাক্তবি। লম হেনবশিংগী চীঙাক্তি। "চীঙাকী মরমদা স্বামী বিবেকানন্দনা মতৌ অসুম্না তাক্লম্মী। চীঙাক শেংলপা থাখলসু শেংই হায়বা শ্রুতিগী বাসি শঙ্করাচার্য্যনা মতৌ অসুম্না হপোক্লম্মী

আহার হায়বসি ইন্দ্রিয়শিংগী থৌরম্নুনি। অদুগা ৱাধাবল্লভ স্বামীনা আহার হায়বদি চৌজাক্কুদুনি হায়না লৌদে। ঐগী মতমতি অনিমক্তী ৱা লৌই। ইন্দ্রি লাকশিনবগা চৌজাক্তী মরমদা অফ-ফত্তা ৱাথল ভৌত্থনবা লৈবগা অশংগী মৱক্তা ইন্দ্রি লাকশিনবা হোৎনবনা মরু ওইবা থবক্নি। ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙম্নবগীদমক্তা চৌজাক্তী মরুমদা অফ ফত্ত ৱাথল ভৌগদবনি। যোগী অমা ওইবীংশিবা অমম্মুং মপুন্সিদা চাওথংপা পাম্নিবা মী অমনা থা কয়ামরুম চাক, মনা-মশীং ( নিরামিষ আহার ) করাই, শংগোম্নচিংবা চাহুনা লেবগদবনি। অদুম তৌরবদি মশানা হোংমজবিবা থৌরমদা খুদোংচাবা য়াম্না ফংগনি। অদুগা কাহেন্না হোংজরোই অমম্মুং মরম্নাই থবক্তা লোয়মনা থর থরদং হোংমজগে খল্লিবা মী অদুগীদি শা-ঙা চাবগনু হেন্না চাশীন্দনা তুম্না ঙম্না চাবগনু, য়াগনি। চাবদা য়াম্না চোকশিনগদবনি। ভ্রমদৈথ মুংশিং মুংশা লাংবা লমদা লৈগদবনি। থোঙবা য়াম্না থাপনা চংথোকদবনি অমম্মুং য়াম্না লোমগদবনি। অনাবগী হৌরকফমদি অরামবা চৌজাক্কগীনি। অফবা, অশেংবা চৌজাক ওইহনম্নু চাবগী চাং হেজিন্না চারবদি অহোয়নহুম পূক্লীং হকচাং মাঙহল্লি। হেন্না চাশীল্লগা হকচাংগী চাবা তুম্নবা যত্নশিং নুসি য়াম্না অপনবা লাকই। খুদনগী মশক ওইনা য়াদা ঐশিং পীকথম্না উমশিল্লগা চীন তেংবা য়াংদে। থম্না হাঙহল্লগা চীন নীংথীনা তেংবা য়াবগুম থম্না হাপ্লপ চারগা তুম্বদা য়াম্না খুদোং চারকই।

মরম অসিদা পূক ৱাই চিলহন্দনা হকচাং য়াম্না কোমথা

পুক্কী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমা হাঙনা চাগনি। হকচাং কনা থম, ওয়বগীদমক্তা চঙগদবা চৌঙ্গাক্তি থোইনা শেল চঙদে। আতাগী ভল, নত্রগা চোইদবা চেং, মমা-মশীংগী এন্থাং, কৈ-মা শঙ্গোম থবতগা চাবগম্ থৌজিকী বিজ্ঞান্না পুথোক্লিবা ভিটমিন অমম্বুং মিনরেল সল্টনচিংবা শরুক মথৈ অহুম য়াওজরমি। মসিগী মথক্তা মুন্না থঙজিনগদবদি নৈ অমম্বুং ইন্দ্রিশিংগী মনাই থক ওইদমবা লাক্লগদবনি। স্বামী শিবানন্দজীনা চৌঙ্গাকী মরমদা ইরশ্বা বা অমগা অমুক তপশীল্লগা চৌঙ্গাকী বাসি ভেনশিজবগে। শা-ঙা চাবা মী অমনা সাইন্টিষ্ট অমা ওইরকপা য়াই তৌই-শুরম্বুং সাধু অমম্বুং মুনিগী পুকচেল্লি চেনবা ঙম্মোই। মরম অসিনা পুক্কীং, হকচাং, অমম্বুং রাথল অছম্মক চাওথংপা ঙম্বা অশেংবা, অকবা, হিংসা য়াওদবা চৌঙ্গাক চাগদবনি। (চৌঙ্গাকী মরমদা মুন্না থংগে জায়রবদি ঐনা ইজবা চৌঙ্গাক পাবিয়ু)।

হকচাংদা কায়গদবা অমম্বুং মচি ওইগদবা চৌঙ্গাক চাং নাইনা চাবগা মপুং ফানা পুক্কীং হকচাং অমম্বুং থবায় চাওখৎ-হনবা ঙমই। মরক মরক্তা চবা হেনবা য়াম্না কাম্নে। পুকচেল কাবদা চবা হেনবদি অঙাওবা শগোল লাকপদা শাজে চঙবগুমনি। হকচাং মম্বুং শেংনা থম্নগা পুক্কীংম্ শেংলকপা ঙম্নকই। চাথি-থকপ্রিবা অচাপোৎশিংগী মক্তাক ময়াই চমহমবা থ্বাইদগী করবা থুংলাব অমদি মরক মরক্তা চবা হেনবনি। চয়োল অমগী মমুংদা অমুক; ওমদ ওমত্রগা চয়োল অনিগী মমুংদা অমুক্তং চবা হেন্দুনা চাবা ভুমবা মরম্শিং অসি পোথাহনবগা লোয়নন্না পুক্কীংম্

রায়ক্তদবনি। চয়া হেল্লিদৈ হুমিং অসিদা থীরিন্দা লৈবা অপুম অশা শেংদোক্লবদি হকচাং মথুং শেংবত্ত মত্তনা পুক্নীংসু শেংলকই। চয়া ফেনবগী কাম্নবা অকুপ্পা বা য়ায়া লৈদ্রি। মহাত্মা গান্ধীজী, বুদ্ধ মহম্মদ, যীশু খৃষ্টনচিংবা মহাপুরুষশিংনা চয়া হেনবগী পাঙ্গৈনা ঙক্ল ঙক্লবা থবক পাঙথোক্লম্মী। পুকচেল নীংথীনা কায়কপা ঙম্লক্রুবা অমম্থুং রাথল চোইরবদি চয়া হেন্দুনা হকচাং অমম্থুং লমহেনবা রাথলবু দণ্ডি তৌবসি মপা লৈত্রবা খুৎলায়নি। একা-দশী, পূর্ণিমা আমাবস্যাদা হিন্দুশিংনা চয়া হেল্লিবসিগী মথুংদা কামবা রা কয়ামুক লৈহনা তৌরিবনি। হকচাংগী হিংবা ঙম্বা জীবনী শক্তি ( Vitality ) অসি মপান ডাইবংদগী হকচাংদা চিংশিল্লগা তুংশীন্দুনা থম্বা অয়াম্বা অমম্থুং শেল চঙদবা ইশাদা চাং য়েংজনগা হেক্তা নীংথিনা থঙবা ঙম্বা পাদৈ অমদি চয়া হেম্বমি। চয়া হেল্লিদৈ অমম্থুং মৌন-ব্রত ( বা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈরিদৈ ) মতমদা অরু অরুবা রাথল থন্দুনা পুক্সি লানকমদা কামবা হৌরম কয়ামুক থঙবা ঙমগনি। চয়া হেমবদা থ্বাইদগী হেমা ফরবা অমম্থুং হোঙলবা লায়রেংনি। হকচাং ফহনবত্তা মত্তনা পুক্নীং শেংহল্লি। ৺মহাত্মা গান্ধী।



# শাজেল

হকচাং মাদ য়েক্তনা থম্বা ওয়বা হকচাং শাজেল হায়বসি অথোইবা পাম্বৈ অমনি। শাজেল রৎলবা মী অমগী মশাদি লায়নাগী তুংনকমনি। মরম অহুনা হকচাং মনুং শেংনা থম্বা ওয়ংগীদমক্তা হকচাংগা চুনবা শাজেল তৌগদবনি। ইউরোপ, আমেরিকাগী মতৌ ওমহুনা শেল থুম য়াম্না চঙবা অমসুং হকচাংগী তোং য়াম্না কল্হনবা শাজেলদি ভারত মচাগী মাঙনবগী মশক্তি। হকচাংগী তোং কল্লবা অমসুং শাবাব কঞ্জরগা লোইবা নত্তে। পূক্নীং হকচাংসি কহনবগা লোয়ননা শিংলিসু ফগৎহনবা হোৎনগদবনি। শিংলি কয়রদি থোপসু কয়রকই। থোপ কয়রগা রাথল থনবা ওয়বগী শক্তি হেন্নগৎলিবনি। "হপত্ত অথৌ" হায়বা শাজেল তৌহনা হকচাংদি কহল্লগা থোপ কংল্লবদি শাজেল তৌজননগী কবিসু কায়দে। শাজেল পুম্মক্তগী অঙাংদগী অহল কাওবদা চপ মান্না কায়বদি অযুক নক্রগা মুমিংদাং-বাইররদা হবা চাবা চৎপনি। থোংমগী হজং হপ্পা য়াযক্রবদা রাইল মখি চৎলবদি মী অমগী শাজেল মতৌক চাবা থথা ওইবা য়াগনি। অহুগী মথংদা যোগ আসন মতম কক্লা কয়গনি। যোগ আসন চাং নাইনা কল্লবদি হকচাংগী শিংলি ফগৎলকই অমসুং ঈগী ঈচেল পলহন্দে চাবা তুমহল্লি অমসুং থোঙ খুং হাযবা মুংঙাই। থম্মোয়দা অকনবা থবক পীদবা মরম্না শাজেল তৌরবগী হকচাং শোকহৌবা নৈত্তে। খুরগী শাজেল মশাবা

য়াওয়বশিন। থবাক্তী মথল মথা অয়াম্বা লায়বা কোকহনবা ওম্মী। শ্রীমজুমদার হায়বা "এবেন্সিক ইণ্ডিয়া" গী ইডিটর— (হকচাং শাজেল, অকল-অথোগী চেগী এডিটর) অমা পেন্সাইটিশ কৌবা লায়না অহনা হিদাক লাংথক্কী লায়য়েংবনা ফবা ওমজ্রবদা সর্ব্বাঙ্গ আসনচিংবা যোগ সাধন থর তৌরগা ফবা ওবথি। মহাক্কী মত্তা হকচাং শাক্সেলগী মঙুংদা যোগ আসননা খ্বাইগী মকোক্কি হায়বা লোই। পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরু চাং নাইনা শির্ষাসন (কয়োংচাক যুংবা) অসি তৌই। যোগ সাধন অসি ইউরোপ অমস্তুং আমেরিকাগী ইউনিভর্সিটিদা মিকোপথাইদ তৌগ্রে। ফুট ২০০০ (নিশিং অনি) শাংবা ফিলম্ ইণ্ডিয়া কলচর মং ওয়াম কৌবা অমা ভিয়েনা ইউনিভর্সিটিগী প্রোফেসার, অমনা যোগ আসন ময়াম অসি ওমহনা নোংচুপলোমদা শন্দোক্লি। হকচাংগী লুয় লুববা লায়না যোগ আসনা কহনবা ওম্মী হায়নন্থু মথোয়না শন্দোক্লি। ময়ম অসিনা ছাত্র খুদীংমক্না যোগ আসন অমস্তুং স্থূর্য্য নমস্কারনচিংবা থায়নগী যোগীশিংনা তৌরম্লিবা অসি থিজিন্দুনা অমস্তুং ঔরাইহনা পুক্নীং, হকচং, থবায় অছম্বক্কী চাওথংনবা হোৎনকম থোকই।

— —

## ডাইয়েরী থম্বগী কান্নবা

ডাইরংপানদা লৈরিবা পোৎ খুদীংমক মহৌশাগী ওইবা হোংবা য়াম্রবা পথাপ অমগী মথাদা মশা মশাগী থৌদাং অমমম ইরৈ লৈ। গ্রহ, উপগ্রহশিংবা পূম্নমক নিয়ম অমগী মথা পোল্লি। সূমিৎ, থা, থবা, নিচাম্পচিংবা অসি মতম নাইনা থোক্লকই অমস্তুং মতম নাইনা ডাথি। চহি অমগী মনুংদা ঋতু তরুক্কা ওম্না ওম্না থোক্লিব। থৌদোকশিং অসিন্থ অসি মডায়। ঐথোয় মীওইবন্তু ইশাগী ইথৌ পাডথেকেপা ওয়ুবগীদমক্তা নিয়ম কয়ামুক্কী মথা পোল্লুনা থম্না ডাই। নিয়ম অদুগী মথা পোম্না চত্নবা ইথৌদাং অদু পাডথোক্লবা হোৎনরবদি থবক তৌবগী অপমবা অমত্তা লাকপা ডম্মোই। অচৌবা মহাপুরুষ মথৈ ডাইয়েরী থম্মী। বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিনগী পুন্সিগী বাম্বী মথোয় অয়াম্বা পাযমগনি। মহাক্কি নুমিৎ খুদিংগী মহাক্কা তৌখিবা থৌদোক খুদীংমক ডাই-য়েরী শূহনা থম্মী। অয়াববা থবক কয়ারক তৌপ্রবগে অমস্তুং অচুম্বা কয়ারক ডাকপা ডমখিবগে হায়বদু তুমলমদাই মতমদা হিসাব তৌহনা য়েংই। লানগ্রবশিং অদুম্না মথুক্তা অক-কত্তগী মরমদা মূম্না বাখল তৌহৌই অমম্তুং তুংদা অমুক তৌদনবা চেক-শিন্না হোৎনৈ। অদুগা মোংবগী মহাক্কা হেক তৌগদবা থবক পূম্নমক অমুক্তগী তুম্নমদাই কাওবগী রুটিন অমা শেমহনা থমই। ঘড়ী অমা চাবী থাম্নগা মথক্তা চাবিনা লোইত্রিবা কাওবা চৎ-পওম্না মহাক্কা শেথম্রিবা রুটিন অদুগী মতুংইন্না চৎলি। মহাত্মা

পাঙ্কী মপামকস্থ মহাক্কী মরমাইগী ওইনা কুটিন অমা শেমহনা থম্মী অমস্থুং ছাত্র খুদীংমক্তা নুমিৎ খুদোংগী ডাইরেরী থম্ব্ হায়রনা পাউত্তাক পী। মীওইবগী বাখলগী কাচিন কাচিন্দা থোওইদবা কৌবা হুরানবা কয়া থুপ্তু না লৈ। মথোমনা মীওইবগী পুন্সি অসিবু অরাবা অমস্থুং থুদোং থীবরোমদা চিংশিন্দুনা থুদোং থীহন্নি। ইশানা তৌররোই হায়হনা লেপথিবা থবক কয়াস্থু শোয়থরক্নুনা ভাকপা ওমদবা অমস্থুং মীগী থোইনশিন্দগী কায়-রকপা কোঙ্গম্বনি। অসিগুম্বা মতমদা কুটিন অমা শেমহনা কটিন অহুগী মতুংইমা চৎনবা হোৎনবা অমস্থুং ঐনা তৌখিবা থবক কয়ামরুম ইশিন্দুনা থম্বগা মহু বিচার অমুক তৌবনা পুক্নিং ফাবদা থুদোং চাবা হেল্লি। মতমগী মমল মশক থক্তলকই অমস্থুং ইশাগী চাওথংপা অমস্থুং লৈখাত্তাবা মশক থক্তহনা অরানবা চুমথোক্লবা হোৎনবদা থুদোং চাবা কয়াখক ফংই। মরম অসিনা নপুন্সি অহু চাওখৎপা পায়বদি গুসিদগী হোৎনা ডাইরেরী থমগো। মগী শেক্রেটারী চিত্রগুপ্তনি। ঐথোয় থম্মোয়বুস্থ "চিত্ত" কৌই। থম্মোয়দা গুপ্ত থুপ্তুনা লৈবস্থ চিত্রগুপ্ত স্থ কৌই। তৌখিবা অক-কক্ত থবক খুদী মক হিংসাবনা ইশাগী জবান ইশানা চুমথোকচাবা মতেং য়াগ্রা পাংবী। অহবা হিসাবদ হেমগা পুন্সি অসি ফজনা মহৈ য়ানগদৌরিবনি।

———

# ঈশ্বরদা লৈশি লৈথোনবা

ঈশ্বরদা লৈশি লৈথোকপগী থৌরমজবা হায়বসিগী অঙকপা শক্তি অমা লৈ। মহাত্মা গান্ধীজী মুমিৎ খুদীংগী মতম পাইনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌই। পুক্নীং শেংবা, থবায় যাওবা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা হায়জবা অরেম্বদা থক মাঙদে। ঈশ্বরদা পুমিৎ খুদীংগী থৌরমজবা কাম্নে কামদে হায়বা থক য়েংলোইদবনি। মরমদি মীওইবগী রাথল অসিনা মহাক্কী মপান্ নাইথ্রবা মতৌ মঙগৎ থকবা ওবা তৌনদে। তাইবংপান পুম্নমক মহাক্কী খুংশেম্ন। মহাক্কী মশক উবা ফংত্রবসু মহাক্কী খুৎশেম অসিনা মহাক লৈ হায়বসি সাক্ষীনি। মহাক্কী মফমদা ইশাগী অয়ানবা দোষ কয়া অমম্বুং পাঙথোকচবা ঙমজদবা অশোমবা গুন কয়া কোকহনবিয়ু অমম্বুং অচুম্বা লম্বীদা চিংশিনবীয়ু হায়না থৌরমজরগা মতম থরগী তুংদা থঙহৌদনা অঙকপা থৌনা কয়া ইশাদা ফাংহৎকনা ইশাগী অয়ানবা চুমথোকপা ঙম্মকনি। ঈশ্বরদি অমত্তনি, অনি ওদে। মহাক্কী মমিংদি মপান নাইদে। তাইবংপান অসিদা মীওইবনা মানা মানা পাম্বা শাজং কায়ামুক্কী অপুনবগু ধর্ম হায়বা থোন-জিল্লুনা তোঙান তোঙানবা নীতি শাজং লৈহনম্নু অশেংবমক্তি ধর্ম্মগী মরু ওইবা শক্তি অমত্তনি। মায়দবা ধর্ম্ম ময়াম অসিগী মথুংদা মায়বা অমনা, লিকপু লংলা অমত্তনা লেংহনা থম্বওম মহাক্কী লেঙত্রবা মাথংগী লংলানা তাইবংপান অসি পাল্লিবনি। থবায় পানবা পুম্নমক মহাক্কী প্রজানি। অদুগা তাইবংপান

পুরুষক মহাক্কী অরেপ্পা পথাপ অমগী মথাদা পাল্লিবনি। ধর্ম্ম খুদোংমক্কা যামদি মহুদি ইবুংঙো মহাক্তি, মকম খুদোংমক্তা শীনথুংবা নৈ। ঐখোয়না পুক্নীংদা থল্লিবা অমসুং তৌথিবা পুরুষক মহাক্কা সাক্নীদি। লান্দবা ওয়া হোৌনদে। মহাক্কী কল্লবা মরাগী লৌচিংনি। হৌখিবা পুক্নিদা অয়াবনা পাপকী থবক কয়া তৌথিহনা পুক্নীংদা নীংঙ্গদবা কাওথরক্লবদি ইবুংঙো মঙোন্দা কোকপীদুনা হায়দুনা থবায় শোক্লা হায়জগনি। অপীকপা অঙাং মচানা উদুল বাইকুল শামথবা মগাদা মোংলগা মমা মপাবা অমোংপদু কোকনবা মচাবু হেক হেক হোৎনবগুম ঈশ্বরনসু ঐখোয়বা তৌহৈ তৌহৈদবা থবক কয়া তৌরুবদু কোকপিনবগা মসক্তা কয়া হোৎনবিরিবনি। মরম অসিদা ইবুংঙো মঙোন্দা থুরুমজবদা পুক্নীং শেংবা বাখল চোৌইদনা অচুবা লম্বীদা চিংবিয়ু; অশেংবা জ্ঞান পীনবিয়ু পোকপগী মহে "য়াল্লহনবীয়ু" হায়না হমা হমা হায়জগদবনি। মঙোন্দা হায়জবা অরেম্বদা থক মাঙদে। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পগী মাঙগদবা, ভাইবংপানগী বাগদবা থবক্তি শুংবিরক্কবা য়াই। থম্মোয় শোক্লা হায়জবদা ঈশ্বরনা য়াবিথি হায়বা:স নখোয়না ভারতকী ইতিহাস ওয়দা থেংনরম্ব য়াই। মহুদি হুমায়ুনা কম্না নায়রুবদা হাকিমী মাইবশিংবা কনবা বাররোই হায়মা লেপ্লরুবা মতংদা মপা বাবরনা ঈশ্বরদা মচাগী মহুৎ মহাক শিজগে মচাবু হিংহনবিয়ু হায়রা থুরুমজবদা মচানা ফওরগা বাবরনা মথবায় থাখি। ঐখোয় খুদোংমকী থম্মোয়দা মহাক লেঙদবা নৈ মরম অদুনা ঐখোয়না নীংশিংলগা অমসুং নৈনরগা অশেংবা জ্ঞান খোরকপা

ঙমলিবনি। মহাক্তী মশেক্লা পুক্নীংদা য়েদিবিরকপা মতমদা অচুম্বা মশক খঙজবা ঙমজরিবনি। মহাত্মা গান্ধীজীনা সত্যবু ঈশ্বরনি হায়না লৌরমী। ঈশ্বর নৈত্তে হায়রিবা নাস্তিকশিং অহম্ব অচুম্ববুদি থাইজ। সত্য নৈবা মফমদা চিং (অশেংবা জ্ঞান) নৈ। অশেংবা জ্ঞান লৈবা মফমদা অশেংবা মুংঙাইবম্ নৈ। মরম অদুনা ঈশ্বরগী মমিং সচ্চিদানন্দ কৌরমলিবনি। ঐখোয় পুম্নমক মুংঙাইবা থিরিবনি। অশেংবা মুংঙাইবা মশক খঙদবদগী শেরামনা চত্থ্রবা লম্ব্রুরিবনি। অশেংবা মুংঙাইবগী মহাও খজিত্তংদবু কংগ্রবদি মীয়ম্গী মুংঙাইবা কয়া ইরায় লায়না থাদোকপা ঙমগদবনি। মহাক্তী অশেংবা মুংঙাইবদু থিনবগীদমক্তা ঐখোয়না জ্ঞান তাম্লিবনি। ঐখোয়গী খম্মোয়দা মহাক্তী কৃপানা চিং-নফম লৈরবা অশেংবা বাখল কাওরকপা মতমদা ঐখোয়না মহু থবক্তা হেক হেক পাঙখোকপা ঙম্লবনি পুক্নিদা মহৈ য়াব-গদৌরিবনি। মায়াম্ব মগোন্দগী খোক্লিবনি। মুপা ইমা ঙা কাবা ভুম অমনা ঈশিংদা লেপ্লগা ইন হন্দুনা ঙা ফাবগুম তাইবং ঈপাক্তা হিংহনা লৈরিবা মীওইবশিংবু মহাক্তী ওইদবা মায়াগী ইমা কুপ্ত্রনা কারিবনি। অদুগা ঙা কারিবা মুপাদুগী মখোঙদা চাব ডাদি ইফ্য লকপা য়াদবগুম, ঈশ্বরগী মখোঙ খম্ব-লদা চঙখঃহোবা মীদি মহাক্তী মায়ানা কুপ্তে। মহৌশাবা মহাক্তী য়াথং কয়া খখোয় অদিদা তাম্বুদা লৈরিবনি। লৈমু লৈথুনা কুপ্ত্রনা থম্বগুম মুমিংপু লৈচিমা থমহনা থম্বগুম ঐখোয়গী খম্মোয়দা মহাক্তী মশেক্লা অশেংবা জ্ঞান ওইবা তাম্বুনা লৈরিবনি

শেংদবা অমোংপা বাধনবা থুবজিন্দুনা লৈবা মরমদি। ইশাগী ওইজবত্ত দিবা, হকচাংগী হুংভাইবত্ত খনবা তোল্লবা ঐথোয়গী পুকচেল অসিনা মহাকপু থজিন্দুনা লৈদিবদি। মহাকী মহৎ শিন্দুনা মীওইবনা পুন্নমকপু অমম্বুং থরাম্পাবনা থুদীংমকপু হুংশিন্নকপা তথা অমম্বুং থৌজানবিন্নকপা তথা হুমিত্তা মহাকী মঙাল অহু থম্মোয় লকাদা অমকপা শৈনবা শংবান্নবা অত্তিয়াদা পুর্ণিমাগী থাবিন্ থোন্নকপত্তম থোমজুনা শান্তি ফংগদবনি। মমম অসিনা ঐথোয় পুন্নমক পুকচেল অমত্তা ওইনা, থোজেল অমত্তা ওইনা, পুক্লীং শোক্লা মহাকী মকমদা হায়জসি "হেঃ ভাইবংপাম পুন্নমকী মপু মপু ইবুংঙো! তোল্লবা মচা ঐথোয়বু অচুবা লম্বীদা চিংবিয়ু। অশেংবা ভাব পীবিয়ু। অমসুং পুন্নমক শান্তি ওইহনবিয়ু।"

---

লোইরবা

## লেখকী কোঙলবা লাইরিকশিং :—

১। চিঙাক অহানবা শক্তি

২। চিঙাক অমিওবা গুরুকুল

৩। অঙাং যোকপা

৪। শিদ হিদাক

৫। মাইক;মুবানলোল

৬। মুবগী লায়রেং

৭। গীতাগী থাথল

৮। নীংশিংনবগী পাজল ( Memory culture )

৯। হরিনাম মহামন্ত্র

১০। প্রার্থনা মঞ্জুরী

১১। যোগ, সাধন

—— -